# সাহিত্যগী কাঁঙলোন্



ইবা :—

পাপম তোম্বা, এম, এ, সাহিত্য রত্ন.

( রিসার্চ স্কোলার )

# সাহিত্যগা কাঙলোন

---

অইবা

সাপম তোম্বা এম, এ, সাহিত্য রত্ন,
(রিসার্চ স্কোলার)

অকোঙ্বা :
শ্রীসাপম বসন্তকুমার সিংহ এম, এ. এচ, পি, নিযমাত
তেরা কৈথেল, ইম্ফাল।

মমল লুপা ৪'০০ (মরি)

## ❁ কচ্চবা ❁

অমত্তা ঙাইজরবী নুংশিবী
নুংশি চাওরবী পলেম ইমাগী
খুয়া থম্বাল স্নাদা
সাহিত্যগী কাঙলোন
কচ্চরি।

# অকোৎবগী ফোংদোকপা

'সাহিত্যগী কাঙলোন' হায়বা লাইরিক অসি কোংনবগীদমক মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমীনা শেল লুপা ৬০০:০০ (চাতরুক) মতেং পাংবিরকখি। মসিগীদমক এম: এস: কে: একাদমীগী মরি লৈনবা মীওইশিংবু থোইদোক্না থুংঙাইবগা লোয়ননা থাগৎচরি।

লাইরিক অসিনা মণিপুরী এম: এ:, বি: এ: ইলেক্টিভ মণিপুরী, বি: এ: মণিপুরী তম্নিবা-তম্নিবী অমসুং মণিপুরী সাহিত্যবু হুংশিনা লৈননরিবা অদোমগী মতেং থরদং ফংবা ওল্লবদি অইবা অমসুং অকোৎবগী হোৎনমলগী মহয় রাল্লে থজগনি।

লাইরিক অসি অকন্নবা মতমদা নমথিবা অমসুং থুদোংচাদবা মরম কয়াদগী অরানবা থরা য়াওবা অহু লাইরিক মশাগী মমৈদা চুমথোক্নগা হাপচরে। মতদম্তু চিথহোবা য়াওহনা অতৈ অরানবা থেংনবিরবা অমসুং অরাৎপা নত্রগা হেজিনবা য়াওহনা অপাবশিংগী লাইরিক পাবগী থুংঙাইবত্ত মাংবা তারবদি থুনা তাকপিরকউ। মথংগী থুৎনমদা চুমথোক্নবা।

অরোইবদা লাইরিকসি নম্বদা ইন্দষ্ট্রিয়েল প্রেসকী মেনেজর শ্রীইবোপীশক সিংহ অমসুং মাগী মতেং পাংলিবা মরূপ-মপাং ময়ামবুনু হন্না-হন্না থাগৎচরি।

অকোৎবা

# ৱাৰোং য়ানবা

ঐনা মীগী মরালমক পুথোকতুনা ৱাংবগী চপচাবা অধিকার লৈত্রবস্থ ঐহাকস্থ সমাজগী মেম্বর অমা ওইনা হিংলিবনিদা ৱাক্নবা, উক্নবা থরগী মরমদা মপুংফানা থংনবা অমস্থুং থম্নবগী অধিকার অছুদি মতিকচানা লৈ। অধিকার অসিগা লোয়ননা থংনিংবা, ৱানিংবা অমস্থুং উনিংবশিংসি ফংনবা হোৎনখি, হোৎনরক্লি অমস্থুং হোৎনখিগনি।

ঐনা জ্ঞান হেক ৱারকপা মতমদা ৱারী, উপন্যাস অমস্থুং কাব্যগী মমিং ৱাথি অমস্থুং মথোয়গী ৱারীস্থ অহল-লমনশিংদগী ৱারম্মী অমস্থুং লাইরিক লাইস্ত পারম্মী। মথোয়গী ৱারীদা অকনবা অমগা অশেঙনবা অমগা, মশক ফজবা অমগা মশক থিবা অমগা, ইনাকখুনবগা লাইববগা, নিংথৌগা মীয়ামগা, অফবা মীগা ফত্তবা মীগা অমস্থুং মথোয়গী মতেং পাংবা কাংলুপ থয়গগী মচুংদা থোক্লবা থৌদোকশিং অদু ৱাক্তা ওইনা থেংনরম্মী। ঐনা মতম-সিদা মথোয়গী ৱারীসি নস্তনা, ৱারা উপন্যাস কাব্য অমস্থুং মাগী মথলশিংগী পান্দমবু য়াম্না থংনিংলম্মী। মরমসিনা মৈতৈগী লাইরিক য়োনফম খুদং চৎতুনা অমস্থুং মৈতৈগী অথং-অহৈ কয়াগী মনাক্তা হংজরুই। অছুবু চৎলুবা খুদিং নিংব৷ কায়না হল্লকপা নস্তনা অতোপ্পা পাদ্বৈ লৈজখিদে

মতমগী য়াওল্লকপদা ঐন চাওরকতুনা কলেজ ৱম্লকলবদা ৱারী, উপন্যাস, নাটক, কাব্য, মহাকাব্য অমস্থুং মথোয়গী মথলশিং ৱুনা ৱমব পারাগী মচুং চনবনা ঐগী থংনিংবা অমস্থুং নৈননিংবগী ঈচ'ঙ অরেপ্পা লেত্তনা হেনগৎলক্লম্মী। অছুবু ঐদি মণিপুরদা লৈছুনা

অমদি ইমালোন্দা (মণিপুরী) নাওথি শাজনবগী থুদোংচাবদু কংজ-খিদবা তোল্লবা তোম্বনি। মীরমদা নৈজুনা লমলক্লী লমচাক চারগা মীরোন্দা শাইদাইবা ওইনা থম্ন-নৈনবদু য়াওরুজবদা ঐগী কোক মচা অসি উক্ল উক্ল নৈখি। মতমদুদা ঐনা খনখি—

মৈতৈলৈমা নংগী মিংচৎ তাম্নবা
কয়া লাপ্পা লাকলবা ঐহাক্লা
মিৎলু পিরাং পিরোইনা
কয়া রানা থাংলিবা—
চিংনা-চিংনা য়েং, মৈতৈ লমদম মুংশিবা—ডাইরি

এলাহাবাদ,
১ | ৩ | ৬৯ ইং

ঐনা এম: এ: (হিন্দী) তমলক্লবা মতমদা মৈতৈলোন্দা সাহিত্য নৈনরোলগী করম করম্বা লাইরিক কংলবগে হায়দুনা অমুক হন্না খিন্নকপা মতমদা শ্রীঅয়েকপম চন্দ্রমনি সিংহগী 'সাহিত্য নৈনবা' অমসুং এম: ইরাবোৎ সিংহগী 'সাহিত্যগী আলোচনা' হায়বা অনিসি মশক য়েংবা কংজবগীদমক্তি ঐহাক থোইদোক্লা মুংডাইজে অদুগা মসুং কাক্তোক্তুনা পাক্লবদগী পেন্দবসু থম্না নৈরম্মী। অদুম ওইনমক অইবা অনিবু থাগৎচরি। মরমসিনা খংদ-খংদবদু খংনিং খংনিংবগী থোইনশিল অমনা কম্না ইনশিল্লক্তুনা ছাত্র-ওইনা ওইনা 'সাহিত্যগী কাঙলোন' অসি ইজখিবনি।

ছাত্রগী চয়াংনবা পুন্সিগী মরক্তা নিংঙমদবগী চাওখৎলকপা ঈচাওনা অথেংবা অহিংগী অচিকপা তাল্লক্লা সংস্কৃত, হিন্দী অমসুং

অংগ্রেজীগী রাংলবা লৈপাক্লশিংদা শাৎলিবা নিংথিবা লৈরাংলক্তগী খোয়দাবা লৈরাং হেক্লগা মৈতৈ ইচিল-ইনাওশিংগী মাংদা অমসুং মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা কচ্চনিংবনি অহুবু ঐগী রাখলগী কাচিনা তেনমনখিবনা রাংনা শাৎপা লৈরাং লাম্বা কংত্রহনা অকংবা লৈরাং খর হেক্লগা মৈতৈগী লংতুদা পুক্লরগা কংচখিবা 'সাহিত্যগী কাঙলোলনি'।

সাহিত্যগী কাঙলোল অসিগী মহুংদা সাহিত্য, রারীমচা, উপন্যাস, নাটক, একাঙ্কী, কাব্য, মহাকাব্য অমসুং মাগী মথলশিং য়াওরি।

ঐনা ঐগী সাহিত্যগী কাঙলোল ইবা মতমদা কুঃ যুরেশ্বর বিদ্যাবতি দেবী অমসুং কুঃ মুমনাম বিনোদিনী দেবী অনিনা মতেং য়াম্না পাংবিখি। মসিগীদমক, ইচল অনিগী মকমদা তোৌবিমল থংবা উচ্চবগা লোয়ননা হয়-হয়া থাগৎচরি।

ঐগী ওঝা ডঃ কৃষ্ণ স্বামী অয়ংগর, ডাঃ কৃ ভল্লব জোসী, বিজয় কুমার শুক্ল, শ্রী থমাস জেকব অমসুং ঐগী ইয়াম্বা সাপম বসন্ত সিংহনচিংবশিংনা ঐনা পাইথংলকপা হিরম থুদিংদা মুম্না থম্না লৈনবগা লোয়ননা মমল প্রিবা পাউতাক কয়া সংস্কৃত, হিন্দী, অংগ্রেজী অমসুং ভারতগী লোল অতৈগী খুদম কয়া কয়া পিহনা তাকপিখি। মাসিগীদমক ওঝাশিং অমসুং ইয়াম্বগী লমল তোনশিনজরে।

অইবা :—

মৈতৈ সাহিত্যগী মতাংদা শ্রীএঃ নীলকান্ত সিংহ (সেক্রেটরী মঃ মৈঃ কঃ এঃ ইম্ফাল ) শ্রীসি ঐচ মনিহার সিংহ। (হেড ওফ ডি, ওফ মনিপুরী ডিঃ ডিঃ এনঃ ইউনিভর্সিটি), এঃ দিনমনি সিংহ অমসুং শ্রীএঃ চন্দ্রমনি সিংহ ( আলোচক অমসুং হেড মাঃ কেঃ গাঃ হায়ঃ স্কুল, ইম্ফাল ) না মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পিবিখি। মসিগীদমক ওব্বাশিংগী লমল ভোনশিজরে।

ঐনা সাহিত্যগী কাওলোল ইবা মতমদা মণিপুরী, সংস্কৃত, হিন্দী আংগ্রেজী অমসুং ভারতকী লোল অতৈগী মরি লৈনবা লাইরিক কয়া নৈনজখি। লাইরিকশিং অদুগী অইবশিংগী মফমদা নোজুকপগা লোয়ননা ভোবিমল খংবা উচ্চরি।

অরোয়বদা ঐগী লাইরিক অসিবু পাবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা হনগৎচনিংবদি অসিনি মহাদি ঐসু মীনিনা ঐগী লাইরিকসিদা অরানবা কয়া য়াওরমগনি মহু হেক থেংনবগা ঐঙোন্দা তাকপিয়ু। অদুগা অমরোমদা অরানবা খর য়াওরবসু য়াওনা লাইরিক অসিনা অদোমগী খংনিংবা থন্নদং কোকহনবা ওন্নবদি ঐগী চৌকিদা, কমুংদা অমসুং লৈমায়দা থরো থরো ওন্না হোৎনজখিবদুগী মহয় য়াম্লে [illegible]নি।

অদোমগী—

অইবা।

# য়াওফম তাকপা

| মন্নুংদা য়াওরিবা | | | লামায় মশীং |
|---|---|---|---|

# সাহিত্যগী কাঙলোন

## সাহিত্য

হৌজিক হিংলিবা ঐথোয়না ইহান হানবা মীরোল নত্তে। মরম অসিনা ঐথোয়না জ্ঞান তারকপা মতমদা 'সাহিত্য' হায়বা রাহৈসি শিজিন্নরম্বগা লোয়ননা অমগা-অমগা তান্নহনা থন্ন-নৈনবস্ত্র হৌরকখি। থন্ন-নৈনবগী মতুংইন্না সাহিত্য হায়বা রাহৈসি মীওইবনা তারু-ইরুবদা থাজত্তুনা পোকলকপা পূন্নিংগী অন্না-নুংঙাই অমসুং অপাম-পামদগী পোকলকপা অকি অথংবগী মচৎ শিন্দুনা ফোংদোকখিবা অদুনা অতোপ্পা অমনা অমুক মহু তারগা তারিবা মীহুগী থম্মোইগুংদা অন্না-নুংঙাই ফংহনবা অদুনি

মীওইবাদ কাঙলুপ নাইবা জীবনি। কাঙলুপ খুদিংগী লোল লৈনৈ। লোল খুদিংগী সাহিত্যসু লৈ হায়বা য়াই অইবা ইদবনা অমনি। অদুবু থম্মানংঙাই ওইরিবাদ লোল খুদিংগী সাহিত্যদি চপ মান্নে অদুগা লোলদা অমগা অমগা মান্নদে। জাতি খুদিংমক্তা মাগী মাগী মমালোন্দা সাহিত্যগী মমিং কৌনৈ।

ঐথোয়না ঙসি সাহিত্য হায়না শিজিন্নরিবা রাহৈ অসিমক মৈতৈলোন নত্তে। অদুবু ঐথোয়না ঐথোয়গী ইমালোলগী মতোগুম্বা শিজিনরিবা 'সহিত' হায়বা বাহৈসি। রুক্ত পাণিনী 'সাহিত্য ভবঃ সাহিত্য' হায়বদা অকবা রাহৈ অমসুং অর্থগা লোয়নবহ সাহিত্য কৌই হায়বনি। সাহিত্য হায়বা রাহৈ অসিনা বঙ্গালী সাহিত্য ফাওনা ফাওরক্লগা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা মরু ওনখিবনি। ঐথোয়না সাহিত্যবু 'মতৈলোন্দা করি কৌগনি হাযবসি লেপ্প্র। চৌজিক সাহিত্য হায়না কৌনরি, খংনরি অমসুং ইনরি

অংগ্রেজীদা সাহিত্যবু Literature হায়না কৌনৈ। Literature হায়বা রাহৈসি লেটিনগী রাহৈ মথংশিংনা Literatura, Litera অমসুং Letter হায়বদগী ওইরকপনি।

Literature হায়বা রাহৈ অসিনা খংহল্লবা শরুক অসিদি শুপ্নতগী খুৎনা ইথোক্লবা নত্রগা ছাপা মযেক্লা নমথোক্লবা অদুতবু খংহল্লি। মরমসিনা নমথোক্লবা হিদাক যেনবগী লিক্লিদা নপ্পা চে মচেৎ অমসুং ফক্লাংদা থেৎলিবা কেলেণ্ডরনচিংবা পুম্নমক সাহিত্যগী মসুং চল্লি। হায়বদি সাহিত্যনি। অদুবু সাহিত্যদি অইবা অমসুং ইদবা অনিমক্তা লৈবা যাই। অদুনা সাহিত্য নৈনবা মতমদা অইবা অমসুং ইদবা হায়না অনি থোক্লা থাইদোক্লে। অহানবদা চিন্না শরু-শোন্নরম্মী, অদুদগী কাইনথংদা ইনবগী পাম্নৈ ফংলকপদগী ইনবা হৌথিবনি।

আরবী লোন্দা সাহিত্যবু 'অদব' হায়না কৌনৈ। অদব হায়বগী অর্থদি অফবা লমচৎ শাজৎকা লোয়ননা ফজবা অর্থ

চেন্‌বা য়াহৈ শীঙ্জিন্নবা হায়বনি। অসুম্না তোঙান তোঙানবা লোলশিংগী অতোপ অতোপ্পা মমিং 'লনরবসু মতুন্না থংহণ্নবা অথগী শরুকশিং আসদি চপ মান্নে মরম অসিনা ঙখন্নববা অথং অহৈশিংনা—তোঙান তোঙানবা জাতি অমসুং লোল কৈবা য়াই তৌইগুম্বসুং সাহিত্যদি অমদগী হেন্না কৈবা যাদে হায়না হায়রম্মী।

অহৈবা অমসুং ইদবা সাহিত্য ঃ—মথক্তসু পনখ্রে। অহৈবা সাহিত্যদগী ইদবা সাহিত্যনা হান্না লেবম্মী কাইনথংদা ইনবগী পান্দ্বোশিং থংলকপদগী ইনবা হোনরকখি ইদ্রিকৈদা কৈরম্বা সাহিত্যবু ইনবগী পান্দ্ব ফংলকপা মতমদা লোয়না ইথোকপা ঙমব্রা—ঙমদে। ঐথোয়না ইরবা আসদি শবত্তান। ইদবা সাহিত্যদ য়াম্ন পাক চাওনা শন্দোকনা কৈরি। অইনা সাহিত্যনা লাপ্না লাপ্ন শন্দোকপা ঙম্মী, অমসুং কুইনা লেহৌই। মরম অসিনা ঐথোয়না অরাপ্পা মকমদগী অমসুং মমাংদৈগী সাহিত্য ঙাস ফাওবা নৈনবা ফংলি অমসুং ঙম্মী।

ঐথোয়না সাহিত্যবু মতম কুইনা অমসুং অরাপ্পদা লৈহৌনবা অমসুং শন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনবদা চে. কলম অমসুং ময়েকশিং অসিগী পান্দ্বশিং অসিনা মরম ওইহনা মফম অমদগী অমদা য়ৌনবা তুরেলগী মথক্তা শাবা থোঙগী পান্দ্বগুম্ন শীজিন্নৈ। মসিগী মতেংনা মমাংদৈগী সাহিত্য হৌজিক নৈনবা ফংলি অমসুং হৌজিক্কী সাহিত্য তুংগীদমক থমজিনবা ঙমগনি।

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা চোয়না শাৎপা লৈরাংগুম ইথোকতবা সাহিত্যগী মচাক ওইবা রারেং শৈরেং কয়া কয়া শরু-শোয়দদুনা লৈরি। লৈরাং ৭৮নম তাবদা লৈপাম্বা থোইমু কয়া ককণ্ডাওনরি। লৈহি পাম্বা থোইমু লাক্লগা শক্লসনু লৈরাংগী কোলোয়, শোল্লসনু মপুগী মিংথৈ।

সাহিত্য হায়বা রাহৈসিনা থংহল্লিবা অসিগী মরুংদা পোংশক অহুম চংই। মাদুদি :— (১) সাহিত্যগী মশক ওইরিবা মচাক; (২) অগুবু হায়দোকপা নত্রগা ইথোকপা মী অমসুং (৩) অপাবা মী নত্রগা অতাবা সাহিত্যগী মচাক ওইরিব পোং অত্ত উক্লরগা উহন্দুনা নত্রগা তারগা তাহন্দুনা নত্তগা ইর ৭ ন্দুন থংগল্লগা সুংঙাইহনবা ভম্বা অদু ফজবা সাহিত্যনি। প্লেতোনা সাহিত্য হায়বসি অচুম্বা পোংশক অগুদগী অনিবক লৈথাকলক্লবনি হায়না হায়রম্মি। অগুবু মাগী মত অসি মাগী চাত্র অরিস্তোটলনা থাওবনা য়াথিত্রে অরিস্তোটলনা প্লেতোগী ‘Peotry is an imitation of imitation’ হায়বা অসি লাল্লি হায়বগ লোয়ননা কবিনা করিগুম্বা থরাদ শম্বী হায়বাদ অনৌবা থরা পুথোকই হায়রম্মী- The poet does not imitate but creae, it is the character, who imitates that the poet create”

মসি অচুম্বনি মরমাগ কবিগী রাথলনা থল্লবা অমদ মাগী পুক্লংদা হাল্লা লেপ্লবা শক্তম অমা শোযদন; লৈকম থোকই মাগী হাল্লা লেপ্পনা লৈরবা শকমগুগ মত্তৌ তমদুনা রাহৈদা পাহনবা

নত্রগা হায়ত্থনা তাহনবত্থনা অতোপ্পা মীবু খংহল্লি। মত্থদদা সাহিত্য ওইরিবনি মরমসিনা কবিনা মাগী মকোক মথুংদা লেপ্লবা শক্তম অত্থ মতৌ অমুক্তি শোয়দনা ঙম্মী। মতৌ ঙম্বগী থাক অসি য়ৌত্রবদি সাহিত্যস্থু ওইবা ঙমদে

সাহিত্যগী পান্দম:—মালেমথকসিদা লৈরিবা মীওইবগী থম্মোয় লকাহ্নুংদা পুক্নং লৌশিং অনিনা য়াম্লনা অমম্থুং চাম্লনা লেপ্লবা রাহৈ থরনা মথং মনাও নাইনা চেদা নত্রগা করিগুম্বা অমদা কলমনা নত্রগা করিগুম্বা অমনা খেক্লা কোয়না চকুনা য়েক্লগা নত্রগা রাহৈগী রারেংদা চিনবান কাওনা কাওরক্লিবা খোঙ্গেল (রাহৈ) অত্থ তাহল-পাহন্দুনা কাংহল্লগা থুংঙাইহনবা ঙম্বা শরুক অত্থ সাহিত্যনি।

সেক্সপিয়রনা সাহিত্যদি কল্পনাগী মপুং ওইগদবনি হায়রম্মী। অত্থগা রার্ডসৱার্থনদি পুক্নিংগী অনিংবনা মপুংনি হায়না মত পিরম্মী। কেলোরিজনদি রাহৈনা ফোংদোকপা (Expression) না সাহিত্যবু শরুক অনীথোক্লা থাইদোকলম্মী—(i) Literature of knowledge and (ii) Literature of power হায়না। "The function of the Ist is to teach, the function of second is to remove."

ড্রাইডেন অমস্থুং টি: এস: ইলিয়টনস্থু তোঙান তোঙানবা মত্ত পিরম্মী। সাহিত্যগী মরমদা ময়াম্না পিনরিবা মত্তশিং অসি লাল্লি হায়রুবা য়াত্রবশু মসিনা চপ চাবা অচুম্বা মতনি হায়না লৌবস্থু য়াদে।

মৈতৈ সাহিত্যদদি কনানা করি করি মত শিনরবগে হায়বসি পননিংঙাই অমত্তা লৈত্রে। য়াম্না থুনা ঐখোয়গী আলোচকশিংনা ক্ষজ-ক্ষজবা পান্দম পিবিত্তনা নৈনরক্কনি থৈঞ্জে।

সংস্কৃত সাহিত্যদদি 'সাহিত্য'গী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনখ্রে অমসুং মাগী মাগী কাঙলুপ ক্ষাওবা শেম্নত্তুনা ঐখোয়না হায়বনা অচুম্বনি হায়না লাওনখ্রে। মরমসিনা ঙসি পৃথিবীগী সাহিত্যগী মমাংদা সংস্কৃত সাহিত্যমুক ক্ষজবা অমসুং কুপ্না খন্ন নৈনখিবা লৈত্রে। আচার্য্যশিংনা সাহিত্যবু শ্রব্য কাব্য অমসুং দৃশ্য কাব্য হায়না অনিথোক্না থাইদোকলম্মী। শ্রব্য কাব্যগী মনুংদা পদ্য, গদ্য অমসুং মিশ্র ( চম্পু ) অত্তগা দৃশ্য কাব্য কাব্যগী মনুংদনা নাটকনা মরু ওই। পদ্য মথক্ষ অনি শুই—মহাকাব্য অমসুং খন্দ কাব্য।

গদ্য মথক্ষ মঙানি—উপন্যাস, ৱারীমচা, পুন্সি ৱারী, নিবন্ধ অমসুং চিঠি।

খাইদোক্লিন্না শরুক পূম্নমক সাহিত্যগী মনুং চল্লি। আচার্য্য-শিংনা শরুকশিং অসি পুন্না অমদি অমমমদা ওইনা থাইদোক্নগা নৈনখি।

# নাটক

নাটক হায়বা রাহৈ অসিগী হৌরকফমগী মরমদা তোঙাল তোঙানবা মত ( রাখল) পিনৈ। পাণিনিনা মাগী ব্যাকরন্দা নাটক্কী হৌরকফম অসি নট ধাতুদগীনি হায়না হাইরম্মী। মাগী মথংদা গুনচন্দ্রনা নৃত ধাতুদগীনি হায়না হায়রম্মী। মখোয়গী মতুংদা বেবর অমসুং মোনিয়র রিলিয়মনা নট হায়বা ধাতু অসি হায়বগা করিসু খেৎনদে হায়বদি নটত্তগী শেমদোক্লবা মওংহু নৃত হায়বনি হায়না মত পিরম্মী। কনাগুম্বা থরনা নট অমসুং নৃত হায়বা রাহৈ অনিমক ঋগবেদগী মতমনি হায়না হায়বসু য়াওই মসিগী মতুংদগীদি রাহৈ অনিমক চপ মান্নবা অর্থদা শীজিন্নরকখি। অদুবু মতম থরগী মতুংদা অমুক নট হায়বা রাহৈসিনা নৃতদগী হেন্না পাক-চাওনা থংনবা হেনখি, অদুগা নৃত হায়রগা অভিনয় (শাওং শাথেক) কা কোম্নবা রাহৈ ওইনা থংনখি। হৌজিক নাটক হাইরকপগী চাওরাকপা রারী অমা নৈনহুনা য়েংসি।

ভরত মুণিগী নাত্য শাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি নাটক্না মঙাশুবা বেদনি। নাটক্কী হুংঙাইবা অমসুং রস জাতি খুদিং অমসুং ধর্ম্ম

পুন্নমক্না লৌবা য়াই। মসিগী মচাকশিংসু বেদ মরিদগী লৌত্না শেমখিবনি। নাটক ইন্নবগীদমক ঈশ্বরনা ভরতপু থাররকপনি অমসুং বিশ্বকর্ম্মনা মাগী নাটকী শান্নফম শেম্লম্মী হায়নৈ ইহান হানবদা নাটকী শান্নফমদি স্বর্গদা ওইবম্মী। শিব, পার্বতী অমসুং বিষ্ণুনচিংবা লাইময়াম্না নাটক শান্নবগী মতেং পাংত্না শান্নবিবা নাটকপু ভরতনা মরম ওইত্না মালেম থক্তা পুরকপনি হায়নৈ।

ঋগবেদদগী পানবা সামবেদগী ঈশৈ, যজুরবেদদগী জগোয অমসুং অথর্ববেদদগী রস লৌরগা ব্রহ্মানা মঙ'শুবা বেদ ( নাটক ) অসি ভরত মুনিদা ইথোক্লবা শিন্নরম্মী। অসিগুম্বা বেদ অসি শেম-খিবগী মরমদি মরু ওইনা মুপী অমসুং অতোনবা জাতিশিংগী মুং'ঙাই-নবগীদমক্নি। ( মবমদি মথোযদি বেদ পাবা হৈরমদে ) নাটকসি শান্নবগীদমক ঈশ্বরনা মঞ্জুকেশী অমসুং সুদেশী কৌবী অপ্সরা অনিগা নারদগা ভরত মুণিগী মনাক্তা থাবক্লম্মী। মথোয়না বিশ্ব-কর্ম্মনা শাবা রংগমচ অদুদা নাটক শান্নবম্মী।

ভরত মুণিগী অসিগুম্বা নাটক অসি করম্বা মতমদা ইবম্বাগে হায়বা কনাসু হাযবা ঙমনদে। অদুবু চ'ওরাক্লা খুৎকী মমা'দনি হায়না লৌনৈ। অত্তোপ্পা অথং অহে থরা অমনা নোংচুপলোমগী অকলানবুনগী মতমসু ওইবা য়াই হায়না থনৈ। অদুবু ঙসিফাওবদা কনানসু অকক্লবা মতম পুথোকপা ঙমনদ্রি।

ভরত মুণিনা ইরম্বা নাটকী চৎনবী অদু ইকাই কাইদনা কালিদাসনসু ইরম্মী। মহাক্লা ভরতপু "মুণি" হায়না য়াম্না ইকাই

থুম্নবা উৎতুনা মাগী নাটকী চৎনবী অদু লৌরম্মী। মতমসিদা নাটককা মাম্নবা রূপক হায়বা অমসু শীজিন্নরম্মী। মসি নাটা শাস্ত্র হৈবশিংনা থাহ্নদোক্লবা তোৎনরম্মী। মথোয়না নাটকপু অবস্থানুকৃতিনাত্মক হায়না হায়রম্মী অদুগা রূপকতনা অবাস্থানু-কৃতিগা লোয়ননা রূপকানুকৃতি হায়না খঙ্নখি। মসিগীদমক হেন্না কুপ্না খেন্নবা অতৈদি পুথোকপা ঙমখিদে

শ্রব্য কাব্যদা মপুং ওইনা ভাই অদুগ দৃশ্য কাব্যদদি পুক্লিং রাখল মান্ন যেংই অদুনা নাটক্ ইবদা রাহৈগী অরাৎপচু ঈশিং অমসু মিৎয়েং, নাযেংনা ফোংদোকই নাটক ইবদা অপনবা নিয়ম কয়া হৈ অতৈ সাহিত্যগী মচাকশিং (শরুকশিং) হায়বদি উপন্যাস ব্রায়নচংবা ইবদগী হেন্না লুই নাটকতা শাস্ত্র কলাগী গুণ পুম্নমক শুনা তিনবনা অইবা মীশু হায়রিব। গুণ শংস থংবা অমসুং হৈবা ওইগদবনি নত্রবদি মপুংফাবা নাটক্ অমা ওইবা ঙমদে মতৌ ভমগনবা মীওইবা জীবা ওইবনা ঐথোয়না উরুবা অমসুং তারুবা থোদোক থুদিংগী মতৌ তম্নবা হোৎনৈ। মরম অসিনা নাটক হায়বসি মতৌ তম্বদগী অমুকসু তমথোক্লবা অদুগুম্বা পোশক অমনি ঐথোয়না রাখল অমগী মথংদা অমা, থন্দুনা মকা অশুম লামাশল্লিবা মথৈ ঐথোয়না নুংঙাই অমসুং হৌরাওই। অদুগা করিগুম্বা মকা লামথোকপা ঙমদবা অমসুং অশুম চৎলম্বা রাথম্না পেশ নত্রগা হেক চনজিল্লকপদা হায়বদি হোৎরবা থোদোকপু নিংশিংনা খল্লকপা মতম অদু ঐথোয়না নুংঙাইতবা অরাবা হায়না কৌনৈ। ঐথোয়না নাটকতা নুংঙাইবা

অমসুং অরাবা নত্রগ অফবা অমসুং কত্তবা অনিমক উবা ফংই। ঐখোয়গী ভারতবর্ষদদি নাটকী লাইশিনবা অমসুং অয়াম্বা শরুক্তা হুংঙাইবা ঙাক্তা ওইরম্মী। অদুগা নোংচুপলোমগীদন অরা-অনানা মপু ওইনা লোইশিল্লে। গ্রীক লৈবাক্কী নাটকশিংদা অবা-অনানা মপুং ওইরবসু মরক মবক্তা হুংঙাইবা, নোকনিংবা হাস্য নাটক ( Comic Play ) সু শাম্নরম্মী। মতুদা কজদবা বাহৈ রাতা য়াম্না শীজিম্নরম্মী। মরক মরক্তা লৈবাক্কী অঙম অখোশিংগী মতৌ তমহুনা ফাগি ওইনসু শাম্নরম্মী।

মতমগী ওল্লকপদা মীওইবগী রাথলসু হোংদবা ঙমদে। মতম অমদা মীগী মতৌ তমহুনা অরা-অনাগী মরক্তা হুংঙাইনা মতম লেল্লম্বা কাঙবু অহু ঙসিদি পাম্নব্রে। নোংমা নোংমগী থবক চিন-ল্লকপনা অমদি তঙাইফদবা পোৎকী পোংচংনা মশিং হেনগৎ-লক্না মিৎকুপ অমগী মতমফাওবা লেম্না মাংহনবনিংব্রে মরমসিনা মখোয়না কপ্পা অমদি নোকপা ফাওবা কান্নবগী নরমদা ওইহনবনিংল্লম্মী। মসিদগী মখোয়না মখোযগী মমাংগী চৎনবী পুম্নমক অচুম্বা অশেংবা ঙাক্তা ওইহনিংখি অহুনা মখোয়দা কাম্নবা পীবা ঙমদবা পুম্নমক সমাজদগী লাপ্না হুন্দোকখ্রো হায়না লাওবা হৌরকখি। মরম অসিনা মতমহুগী সাহিত্যকারশিংসু মখোয়গী মপা মপুশিংগী চৎনবী অহু থাদোক্নুনা, অনৌবা লিকলম খিবা হৌনরকখি। মখোয়না মতমহুগী সমাজগী কাম্নগদবা অমসুং মরি লৈনবা হিরম লৌথৎতুনা ইবা হৌরক্লে। পদ্মগী মহুত্তা গদ্য, নাটক অমসুং কাব্য মহাকাব্যগী নায়ক অমসুং

নায়িকা পুম্নমক চাম্না হুংঙাইয়াইফবা, অফন-অথোৌশিং ওইরম্বা ফংগী মহুত্তা লৌমি শিনমী লাইশ্ন অনংগী মরক্তগী থল্লে। কাম্নদবা মরমদা হেম্না লৈশি-লৈথোলহুনা অমদি হেনজ্রিম্না হায়জিনবা অহু তোক্তুনা মথোয়না উরিবা থংলিবা অহু তশেংনা তশেংনা ইবা হৌখি

## অংগ্রেজী নাটক্কী হৌরকপা অমসুং চাওখৎলকপা :—

অংগ্রেজী সাহিত্যাদা ইং ৯৬৫ দা সেণ্ট ইথেলরগুনা ল'টিন লোন্দা যীশুখৃষ্টকী পোকপা অমসুং শিবগী মরমদা ড্রামাগী মওংদা রারী অমা ইরম্মী মহু খৃষ্টমাষ্ট অমসুং গুড ফ্রাইদে ( Good Friday ) গুম্বা হুমিত্তা পাত্র থরনা শরুক লৌহনা শান্নরম্মী। মরম অসিনা মতমহুগী প্রজানা যীশুবু চেংনা থাজরম্মী। লাইরিক অসি ধর্ম্মগী য়ুমফমদা ইরম্মী। অহুনা ধর্ম্মগী ওইনা থবক্ থৌদোক খুদিংদা হায়রিবা রারী অসি ড্রামাগী মও'দা শান্নরম্মী। মতম অসিদা গ্রীকতস্ ড্রাইনোসিস হায়বা লাই অসিগী মমাংদ' গ্রীক্কী মীয়াম পুম্না হরাও হুংঙাহবগী থৌদোকশিংদা ড্রামাগী মওং মানবা কুশ্মে কয়া উংলম্মী ড্রামাগী ইচাল হানবা হৌরকপা মওং অসি মাগী মাগী ধর্ম্ম অমসুং চংনবী মতুংইন্না তোঙাল তোঙানবা মওংদা হৌনরকখি মসিগী মরমদি নোংচুপকী অথং-অহৈশিংনা মা-মাগী মত পিনরিবসি শন্নপ্না য়েংলি -

প্রোঃ কার্নো অমসুং হিলব্রাগী মত মতু'ইন্নদি নাটক্কী হৌরককমসি মীওইবগী হুংঙাইবদগী হৌরকপনি হায়। হায়বদি

মীওইবসি মুংঙাইবনা মরম ওইদুনা নোক-খেবা চোং-ফম্দুনা শান্নবা অসিদগী নাটক্কী ফিভমসি ওইরকপনি।

ডাঃ পিশলে-না নাটক্কী হৌরকফম অসি লাইফদিবী-নচিংবা অঙাংশিংনা শান্নবদগীনি হায়রম্মী লাইফদিবীবু কনাগুম্বা অমদা শান্ননিংবা মওংদা শান্নবগুম্না নাটক্কীসু পাত্রগুবু শান্নৈ। অদুবু লাইফদিবী অমসুং ডামাদা য়াওবা পাত্রগদি য়াম্না খেৎনৈ। লাইফদিবীদি মথরাই পান্দে অদুগা ড্রামাগী পাত্রদি মথরায় পাল্লি। অদুম ওইনমক অনিমক মনিংমথা তম্বা ফংদে। কনাগুম্বা অমনা নমদুনা লেংহনবা নত্রগা র ঙাংহনবা মরম্না মখোযনিমক মায়ৈ।

ডা· রিজোনা নটক্কী হৌবকপদি অকল মখোশিংগী অশিবা মশা দুবু পুরগা মাগী মগুণ শক শোনবা শাম্নদি ইরাৎ পূজা তৌবা কান্নগী ড্রামা হৌরকপ'ন হায়না মত পীবম্মু। মানা মথাত্তানা হাংবম্বা — জাতি খুদিংগী মীওই শংনা মখোয মখোয়গী মমাংগী হৌখ্রব মপা-মপুশিংগী মফমদ ইকাই খুম্নবা উত্তুনা মখোযগী মপোক পামিং অমসুং শথম পুমিংশিংদা অবাবা ফোংদোক্তুনা লান্দা ইরৎ পূজা তৌব অদুদগী শেমদোক্লবা মওং অদু নাটক ওইরককনি।

অতোপ্পা কাংবু থবন নাটক্ক হৌরকপাস মে পোল (May Poll) কায়বা কুম্শ্ম অসিদগীনি হায়না মত ফোংদোকপসু

য়াওরম্মী। মথোয়গী মত মতুংইরা মকমসিগী মীশিংসি কানেন হুংশানা শাহুনা য়াম্না য়ানা লৈরম্বদগী নোং ভারকপদা হুংভাইমন্নুনা মথোয়মশেল পুনশিল্লগা চোং-কন্নুনা শান্নবা অহুদগী ড্রামাগী মওং ভারকপনি। ১৫/১৬ শুবা শতাব্দীদদি ইলিজাবেন্থানগী মতম ওইরক্লে। মতমসিদদি অংগ্রেজী ড্রামাগী অনৌবা থোঙথাঙ অমা লাক্নুনা সেক্সপিয়রগী মতম য়ৌরক্লে। অহুবু অয়াবদি মানা ইবা নাটকশিং অসি মাগী মতমদা মশক থংনখিদে। সেক্সপিয়রনা লৈখিত্রবা কাইনথংদা থারম্বা লৈবাংগী লৈনয়া মালেম শিনথুংনা শন্দোকখি। মাগী নাটকশিং অহু পাক্রবা কাঙবুনা নাটক ওইনা শান্নবা অমদি ইনিংবা অমা পোকহল্লম্মী। মতমসিদা অংগ্রেজী ড্রামাগী চাওথৎপগী থম থেংবা মতম'ন।

নাটকী মচাক (তত্ব—Element of Drama গী ময়মদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মীৎয়েং তোঙান তোঙান্না।

ভারতকী মিৎয়েংদা নাটকী মচাক মথল অহুম থোক্লা থায়দোকই :—(১) য়ারী মপুং (কথাবস্তু (২) মী (পাত্র) অমসুং (৩) মহাও— (রস)

(১) য়ারী মপুং ঃ—য়ারীনা মপুং ওইবা নাটকপু অমুক শরুক অনিথোক্লা থাইদোক্লি (অ) মপুং ওইবা (অধিকারী) (আ) মতেক ওইবা (প্রাসাংগিক) নাটকতুদা অচৌবদগীনা লোইবা ফাওবা চৎথরিবা য়ারী কছু মপুং ওইবা য়ারীচু অধিকারীনি। অদুগা মতুদা মতেং ওইনা লাক্লিবা অহুনা মতেক ওইবা

( প্রাসংগিক ) য়ায়ীনি। অমুক হয়া মতেক ওইবা য়ায়ীগী শরুক অনি থোক্না খাইদোক্লি—(১) পতাকা —, হায়বদি অয়া-মুংওাই অনিদা মায়না লৈবগা লোয়ননা নাটকী য়ায়ীবু ভক্তনা মতেং পাংই। (২) প্রকরী—মতেকী ওইনা লাক্লগা অহুমক লোইখি। মসিনা নাটকা অনৌবা ঊথক অমা হোৌহল্লি। ময়ভা কনাগুম্বা অমা লাক্লগা য়া ওাংলম্বসু চৎলৈ।




নাটকী মপুং ওইবা য়ায়ীগী খোঙচৎতা অমুকনু তাক্কব মঙাথোক্না খাইদোক্লি—(১) অহৌবা ( প্রারম্ভ ) (২) হোৎনবা ( যত্ন ) (৩) মহয় কংলকপা য়াবা ( প্রাপত্যাশা ) (৪) মহয় শোয়দনা কংগনি খংলকপা ( নিয়তাপ্তি ) অমসুং (৫) মহয় কংলবা ( ফলাগম )।

(১) অহৌবদা নাটক্কী ৱারী হৌরকই। মসিদা করিগুম্বা :থোদোক নত্রগা ৱারী অমা অহানবা ওইনা হৌগৎলকই।

(২) হোৎনবা ( যত্ন ) হায়রিবা তাক্কক অসিদা নাটক্কা য়াওরিবা মপুং ওইবা মী অহুগী অপাম্বা মতুংইন্না হোৎনবা হৌরকই মাগী মতেং পাংবা ওইনা মী পুম্নমক্কশু হোৎনৈ। মহুবু হোৎনরা (যত্ন) কৌই।

(৩) মতম্ন কংলকপা য়াব —তাক্কক অসিদদি অহানবদা মানা হোৎনরুবা অহুগী মহয় কংলকপা য়াবা মঙাল লাকই। তৌরুবা থবক্কুগী অফ-ফত্ত থাইদনা মহয় কংই।

(৪) মরিগুবা তাক্কক অসিদদি মানা মানা হোৎনরুবা থবক অহুগী মহয় শোয়দনা ফংগনি 'হায়বা থংই। অহুবু নিয়তাপ্তি কৌই।

(৫) মহয় ফংলবা (ফলাগম) হায়বা অসিদা নাটক্কী অরোয়বা তাক্কনি। মসিদা মথোয়না হোৎনরুবা থবকশিং অহুগী মহয় কংই। মতাংসিদা ভারতকী চৎনবী মতুংইন্না অফবা মীনা ফত্তবা মীদগী মাই পাকই, থবক্না ফত্তবা থবক্কগী মাইপাক্কনা মতম কুইনা ফাইনকরবা মমা মপা, মরূপ-মপাং, মচিন মনাও, মুংশিনবা মুংশিননবী অহুবু অমুক হন্না উমথুনা মুংঙাইনা লোইশিল্লি।

(২) মী :—(পাত্র) না নাটক্কী থরায়নি। নাটক্কী থবক থৌওং পুম্নমক মীনা তৌই। পুম্নমক মীগী মথা পোম্না লৈ;

নাটক অমদা মরু ওইবা মী মুপা অমা অমস্নুং মুপী অমা লৈ। অদুবু সংস্কৃত লোন্দা নায়ক অমস্নুং নায়িকা হায়না কৌনৈ। নাটক্তা থোক্লিবা থৌদোক পুম্নমক-মথোয়নিদা তিল্লি। ভারতকী চৎনবী মতুং ইন্না নায়ক অমস্নুং নায়িকাদা থোইদোক হেন্নোকপা গুণ চেল্লি।

মমাংলৈঙদদি মথোয়নিমক অকবা শাগৈ তাংকী মী নত্রগা নিংথৌ মচামচু ওইগদবনি হায়না লৌনরম্মী। অদুবু লৌজিক্কি ওইনিংবা কাণ্ডলুপ অমদগী হেক্তা ওইবা য়ারে। মথোয়নিনা মীয়ামগী মীচৎনি। নায়ক ওইগ দ'বা মীদি নোম্লুকপা মশক মতৌ ফজবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, থবক ত্তৌবদা পুক্নিং চংবা অমস্নুং হৈংশিংবা, ফজবা মাহৈ-মাতা শীজিন্নবা থৌনা লৈবা অসিনচিংবা গুণ ময়াম অসি চেনগদবনি। অসিগুম্বা গুণসি নায়িকাদসু লৈগনবনি।

অকবা নায়ক নায়িকাসগী ওনবদা ফত্তবা নায়ক নায়িকাসু লৈরি। মথোয়দি ফত্তবা লমচৎ-শাচৎ অমস্নুং ফত্তবা মাথলদা থন্মুনা লৈ। মীগী মাং-তাকপা অমদি অয়াবদা গুংতাহ অসিগুম্বা মথলগী মীবু খল-নায়ক-নায়িকা হায়না খংনৈ

মথক্তা হায়রিবা অকবা-ফত্তবা নায়ক-নায়িকাশিং অসি নত্তবা মথোয়গী মতেং পাংবা মী কয় লৈ। মথোয়দি নাটকী মায়ী মপুং ফাহনবা অমস্নুং নায়ক নায়িকাশিংগী মতেং পাংই। করি

করিগুম্বা নাটক্তা নায়ক নায়িকা য়াওদনা মীয়াম্না মখোয়গী থবক তৌহনা উৎপন্ন থেংনৈ। অদুবু য়াম্না তাঙনদি উবা ফংই।

সংস্কৃত সাহিত্যদা নাটক্কী পাত্রশিংগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনখি। অমুক কন্না থন্না নৈনখবা পৃথিবীগী লোল অমদা নৈতে। ভরতমুনিদগীনা আচার্য্য বিশ্বনাথ ফাওবদা নাটক্কী মথক্ত নাটক শান্নফম (রঙ্গ মনচ) পাত্র - নায়ক নায়িকাগী মথক্তদা অঙকপা ফংনা কুপ্না নৈনখি। মসিদা নত্তনা মখোয়না ঙাংনবা লোল অমদি মখোয়গী ফিজেৎ চাকচা ফাওবদা যৌনা নৈনখি। অদুবু মতাংসিদদি ইত্রে (শক্দোক্না থংনবগীদমক নাটক্কী কাঙলোন য়েংউ।)

১। রস—রস (মহাও) ভারতবর্ষগী কাব্য শাস্ত্র (কাব্য কাঙলোন) গী মতুং ইন্নদি যাম্না মরু ওই। মসিনা সাহিত্যগী শরুক কাব্য উপন্যাস, নাটকচিংবদা ফপাবা অমসুং অভাবশিংবু থুংঙাই-হন্নি। মরু ওইনা নাটক্তদি রসনা অয়েংবা মীশিংবু থুংঙাইহন্নি। রস চেন্দ্রবদি মীনা নাটক য়েংবিবোই মথক্তা নৈনখিবা কথাবস্তু অমদি মী (পাত্র) ওইরিবা অমসুং হোৎনরিবা অদুসু রস চেনগদবনি।

নাটক ইনবগী পান্ফমনা মীওইবদি থবক শুবদা নত্রগা করি-গুম্বা থন্ থংবা নত্রগা হোৎনবদা রারবা পুন্নিংবু থুংঙাইহনবনি। অসিগুম্বা পুন্নিংবু থুংঙাইহন্নিবা অসি রসনি। থুংঙাইবনি হায়দুনা রসনা ঐখোয়বু নিশা চাবা নত্রগ থকপা মীদোনা খন্দিনত্তে

নাটকফি "ধর্ম্ম ধর্ম্মপ্রবৃত্তানাং" অমদি 'অগ্য পঞ্জীনামর্থ" ওয়বদি ধর্ম্ম লৈবা ধর্ম্ম চৎনবগীনি অমসুং অথয়বা থবক্কা শেল ফংনবগীনি হায়র্সিনি। অমবোনদা চোকফরবা রাখলবু অমুক হানৌবা যেংগা-চোংহন্দনা হুংগাইহনবনি।

## নোংচুপকী মিৎয়েং—

অংগ্রেজ [illegible] মচাক ভরক থোক্না খাইদোকই— (১) কথাবস্তু (Plot), (২) পাত্র অমসুং চরিত্র-চিত্রন Character), (৩) কথোপকথন Dialogue দেশকাল (Environment), (৪) উদ্দেশ্য (Aim and object) অমসুং শৈলী Style)।

১। কথাবস্তু কথাবস্তু (Plot) [illegible] মক ওইদে হায়বগী মরমদা নোংচুপলোমগী অথং-থ [illegible] মত য়াম্না থেৎনরি। অরিস্তোতলনচিংবা থরনা কথাবস্তু (Plot) না মরুনি হায়রম্মী। অদুগা [illegible] কাণ্ডলুপ অমন ১। অমসুং মাগী লমচৎ শাজৎনা মপুং ওই হ যনা ইবম্মা, অদুগ নাটকী কথাবস্তুগী থোঙচৎতা তাঙ্কক মচাথোক্না খাইদোরম্মি— (A) অহৌবা (Exposition) (B) চওথরকপ (Rising action) (C) মতোম যোব (Climax) D) চাইথরকপা (Falling Action or Denaument) অমসুং (E) লোইশিনবা (Conclusion or Catastrophy)।

যেক্রিবা শক্তম অসিগী মতুংইন্না মখোয়না ড্রামাগী নিয়ম শামগুং চনবী অহু মথং মনাও কাইদনা ইল্লি। মসিনা মতোং পাংবদা নত্তনা মপুং ওইবা রারীগী মপুং মরৈ ফাহন্দুনা হৌবদগী লোইশিনবা ফাওবা চংলমৈ।




নোংচুপলে মগী অথং অ [illegible] মপুং ওইবা রারীগী তাক্কক হোৎনদ নত্তনা মপুংওইবা থবক্কী অপুনবা (Unity of action), মতমগী অপুনবা (Unity of time) অমসুং মফমগী অপুনবা (Unity of Place) হায়না অহুম অমম্ভু থাহদোক্লুনা লৈরে। মসদা নত্তনা-তোঙানবা মীশিংনা মনা হানা পাম্ব। অমসুং থংবা অহুগী মতুংইন্না মখল থাহদোক্লম্মী। অহুবু মতু মযাম্না য়াম্বা য়ামত্রন হায়বা থনম্ভু লৈরে।

২। পাত্র :— পাত্রগী মরমদা নোংচুপলোমগী মীওই খরনা অহুম্না হায়রম্মী— ড্রামাদা পাত্রনা থু ইদগী মরু ওই। মখোয়না নাটকতা য়াওরিবা পাত্র অতুনা তৌরিবা থবক ডাংলিবা য়াঙাং পুম্নমক এখোয় মীওইবা সমাজগী চংনবী অমম্ভুং অপাম্বতনি। মতুদগী এখোয়গী তম্নিংঙাই ওইবা শরুক কয়া য়াওই অমদি মতু

য়েংলগা ঐথোয়না ঐথোয়গী অরা-অনা কোকহন্দনা ফুংঙাইবা ফংহল্লি পাত্রশিংগী মহুংদস্ত অক-ফত্ত মথল কয়া থাইদোক্লম্মী

৩ কথোপকথন—কথোপকথন (Dialogue) নাটক্কী মরু ওইবা শরুক অমনি। পাত্রশিংনা ৱারি ৱাত্তাই শান্নহুনা অয়েংবা মীশিংবু ৱারী অহু থংহল্লি। পাত্রশিংনা শান্নরিবা ৱারীদা অৱা-ফুংঙাই অমাদ নোকনিংবা কপ্প'বা য়াওবা কৈ। মহুনা অয়েংবা মীশিংগী ফুংঙাইহনবা ঙম্মী।

৪ মফম মতম (দেশকাল Environment) স্থ নাটক্কী য়াম্না মরু ওইবা শরুক অমনি। নোংচুপলোমগী অথং অহৈশিংনা নাটক্তা মফম মতমবু পাত্র অমস্তুং থোদোকশিংগা চান্নগদবনি হায়রম্মী

৫। উদেশ্য—নোংচুপকী নাটককারশিংনা নাটক্তা থেংনবা অৱা অনা অমস্তুং ফুংঙাইবগী মুৱনবু মরু ওইবা পাম্দম্নি থম্মে। মুৱনবা অহুনা নাটক্কী মরু ওইবা ৱারী অহুগী মহৎ থোকলকই। মরু ওইবা মীওইশিংগী লম্বীদা থুদোংথিবা কয়া লাকই অমস্তুং মহু লাম্বোক্তুনা চৎনবা হোংনৈ। নাটককার অহুনা সমাজগী মফমদা মান থনবা ম্নাথল অমদি মতমহুগী সমাজগী অশেংবা শক্তম অম যেক্লব হোৎনবনা নাটক্কী উদেশ্যনি।

৬ শৈলী—নোংচুপকী অথং অহৈশিংনা মত অমত্তা ওইনা নাটক্তা শৈলী Style যাম্না লাইবা অমস্তুং মীয়াম্না থংবা ঙম্বা লোলদা শীঙ্কল্লগদোব'ন হায় নোংচুপকী পোপনচিংবা মীওই থরনদি শৈলীবু হকচাংগী ফিজেৎনি হায়না মত পিরি। অহুগা

অতোপ্প খরমনা শৈলীদি হকচাংগী ফিজেৎ নত্তে, হকচাংগী উন-শানি হায়না হায়। অসুম্না অমগা অমগা অমত্তা মান্নদে মানা মানা খনবত্থ ফোংদাকৈ। অদুগা শৈলীস্মু মী মীগী তোঙানবা মওঙনি। Style is the man হায়নবা লৈ। কবি অমসুং লেখক অহুনা শিজিন্নরিবা Style অহুনা মাগী মওঙনস্মু লেপচৈ।

ঙসি ঐখোযগী মণিপুরদা ঐখোয়না উবিবা নাটক অসি নোং-পোক অমসুং নোংচুপকী যান্নববা শরুক্কি নাটক্কী তেকনিক অমসুং ফিজেৎ চাকচা অয়াম্বা নোংচুপকী মতৌ তম্নরি। অদুগা নাটক্কী হৌনবী নিয়মশিংনা নোংপোক্কীনা নম্না উরি। মণিপুরদা ঙসি নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিনা তিন্নরগা যান্না ফজববা শক্তম অমা ঐখোযনা উবি। মসিগীদমক ঐখোয়না হায়রিবা সাহিত্য অনিগী লমন তোন শিল্লবনি।

# কাব্য

সাহিত্য— মালেম থকসিদা লৈরিবা মীওইবগী থম্মোয় লকান্নুংদা পুন্নিং লৌশিং অনিনা য়'ননা অমস্নুং চাননা লেপ্লবা ৱাহৈ থন্নবা চেদা নত্ৰগা করিগুম্বা অমদা কপ্পনা নত্ৰগা করিগুম্বা অমন' থেক্লা-কোযনা চত্তুনা য়েকলগা নত্ৰগা লোলগী দোলাই তোংহনা চিনবান ফাওনা ফাওরক্লিবা খোঞ্জেল (বাহৈ) অত্থ তাহন-পাহন্দুনা নত্ৰগা ফান্নহন্দুনা হুংঙাইহনবা ঙম্বা শরুক অতুবু সাহিত্য কৌই।

কাব্যনা মীওইবা সমাজগী চাওখৎনবগী মরুওইবা মরম অমনি। মীওইবনা মশাগী হন্নাও হুংঙাইবগী খে ংঙেলগা লোয়ননা তাইবংপালসিদা লৈরিবা জীবশিংদগী হেন্না হুংশিচাওবা, অন্না-অনা থংবা, ঙাকপী হৈবা অমস্নুং হৈশিংবা জীবনি হায়না লৌনৈ মরম অসিনা এঁখোয়না অতৈ জীবশিংদগী খেৎনবগী লৈই (ঙমথৈ) অমা চিংহনা লৈরি।

মথক্তা হায়রিবা গুণশিং অসিনা কাব্যগী য়ুমফম্নি। মসিনা মীওইবগী চাউখৎনবগী পাম্বৈস্নু ওইরি হবাও হুংঙাইবগা লোযননা তঙাইফদবী পোৎপু নক্লা ফংবা অসিনা চাওখৎপনি।

**কাব্য ঃ**—ৱাঙময কাব্য অমস্নুং সাহিত্য হায়বা ৱাহৈ অহুম অসিগী অর্থনা মতম মতমগী মতুংইন্না অমনা পিক্লা অমনা চাওনা পাকনা থংনৈ; সংস্কৃত সাহিত্য হৈবশিংনা অহুম অসিগী মফুংদা মানা মানা পাম্বা অমস্নুং চান্নবা য়েংহনা মান্নবা অর্থ শিজিন্নরম্মী।

মরাঠিনচিংবা লোন্দদি ওসি কাওবদা সাহিত্য হায়বগী মহুত্তা "রাঙময়" হায়না অশুম শিজিন্নরি।

রাহৈগী হৌরকফমগী মতৃংইন্না রাঙময় রাক+ময়—বানীময়, বানীযুক্ত নত্রগা শব্দময়— হায়বনি। মিৎযেং অশোমদদি সংসার অসিদা লৈরিবা থোকলিবা রাহৈ থোক্লেল পুন্নমক্তা হায়বদি অইবা, ইদবা পুন্নমক বাঙময়ান। মরম অসিদগী ঐথোয়না অশুম য়েংবদা কাব্য সাহিত্য হায়বসিদগী রাঙময়না থরা হেন্না পাকপোই নিংই ওশেংনমক রাহৈ অসি সাহিত্যনা হৌগৎলকপা মীওইবগী মচিন্দদা ভাংনরিবৈ মতমতুদা চৎনরম্বনি। রাঙময় হায়বা রাহৈ অসিনা অশুক্কী মতিক পাক-চাওনা শন্দোক্লে মহুদি ভাইবংপাল অসিদা লৈরিবা জ্ঞান-বিজ্ঞন, অইবা ইদবা, অফবা ফত্তবা রাহৈ পুন্নমকপু থংহল্লি। মরম অসিন ঐথোয়না "থা থা থাবুঙথা নচা মোরালবী পোবীগে" হায়বসিদগীনা মহাভারত রামায়ন অমসুং পেরেডাইজ লোষ্টনচিংবা পুন্নমক অসি রাঙময়নি।

সংস্কৃত সাহিত্যদা রাঙময়বু য়াম্না কুপ্না নৈনখি। রাজশেখরনা মাগী "কাব্যমী মীমাংষ"দা রাঙময়বু শাস্ত্র অমসুং কাব্য হায়না অনিথোকনা থায়দোক্লম্মী

**ইহহি বাঙ্ময়মুভয় যথা শাস্ত্র কাব্যঞ্চ :**

মহাক্না মসিগীসু মথল কয় থোক্না অমুক থাইদোক্লম্মী। শাস্ত্রগী মথংদা অপৌরুষেয় শাস্ত্র. শুক্রি অমসুং বেদাংগ—হায়বদি শিক্ষা,—ব্যাকরণ, নিরুক্ত, ছন্দ, জোতিষ অমসুং অলংকার অসিনি। কাব্য অমসুং সাহিত্যদদি রাঙময়দৌনা পাকচাওদে।

**কাব্য — বাক্যং রসাত্মকং কাব্যং** রসচেনবা ৱারেংদা কাব্য'ন কব্যদ' শেম শারবা ৱারেং ওইগদব'ন। কাব্যগী মহুংদা কবিতা, নাটক, উপন্যাস অমসুং ৱারীনচিংবা লোয়না চল্লি। রাজশেখরগী মতৌগুম্না তিকইনাসনা সাহিত্যবু অনিথোক্না খাইদোকলম্মী— জ্ঞানগী সাহিত্য ( Literature of knowledge ) অমসুং পাঙ্গলগী সাহিত্য ( Literature of Power ) মাগীসি রাজশেখরগী শাস্ত্রগা মান্নে।

ভারতবর্ষদা কাব্যবু নৈংবা মতমদা হকচাং (ৱাহৈ অমসুং অর্থ) অমসুং আত্মা হায়না খানথোক্লা থইন্না অদুবু কাব্যগী অত্মা হায়বা অসিগী মরমদদি অমগা অমগা মত তৎনবমদে।

ভরতমুনি অমসুং বিশ্বনাথকা কাংবু (সমপ্রদায়) না কাব্যগী আত্মাদি রসনি হায়রম্মী পন্দী অমসুং ভামহথোগনা অলংকারনা কাব্যগী আত্মানি হায়না শোইগৎলম্মী কুন্তক ৱাক্রোক্তিনা কাব্যগী থৱায়নি হায়না খুদমগা লোয়নন হায়খি। বামন্না 'রীতির আত্মা কাব্যস্য' হায়না হায়রম্মী। কাব্যদ ধ্বনিনা (ধ্বনি) থৱাইনি হায়না ধ্বনিকার অনান্দ বর্ধনন হায়রম্মী ''কাব্যস্যাত্মা ধ্বনিরীতি।'' মাগী মথংদা মম্মতনা কাব্যদদি ৱাহৈগী দোষ লৈরোইদবনি হায়না হায়রম্মী অদুবু দোষ লৈতবা কাব্যদি লৈতে। সংস্কৃত সাহিত্যগী চংথরক্লিবা কংচুপ (সমপ্রদায়) গী ইকোন কোনবা পণ্ডিত রাজ জগনাথনা ''রমনীয়ার্থ প্রতিপাদ ''শব্দ কাব্য'' হায়বদি থোংনৌবা অমেওবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নবা অদুবু কাব্যনি হায়না হায়রম্মী

অম্সুম্না সংস্কৃত সাহিত্যগী শাংলবা মতমদা কাব্যগী মরমদা মাগী মাগী অনিংবহ্ন কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনা শেমজনা থম্লখি, অমস্তুং নৈনখি। মখোযশিং অসিগী মথু দ বস সমপ্রদায় অমস্তুং ধ্বনি সমপ্রদযানা খ্বাইদগী হেন্না মামং চংখি।

## নোংচুপকী মত খরা:—

ঙসি কাব্য হায়বগা কবিতাগী রাখলা লৌহনা পদ্য ওইর মায়ে হায়না লৌনবস্ত যাওই। অদুবু কাব্য (Poetry) হায়বসিদি পদ্য অমস্তুং গদ্য অনিমক্তা উই। চুম্না ঐখোয়না লেংখোক্লিবা রারেংগী মতুংইন্না পদ্য অমস্তুং গদ্য হাযনা খাযদোকপদনি

মতম অমদা আমেরিকাদা কাব্য ইবদা ছন্দ য়াওনা চংনরম্মী। অদুনা মখোযনা কাব্য ( Poetry ) বু ছন্দগা লোযননা শেম্বা ( Material Composition ) নি হায়না হায়নরম্মী। মতম অসিদা আমেরিকাগী অকাওবা কবি হ্বিটমেন্না ছন্দ যাওদবা কাব্য অমা ইরম্মী। মতগীদমক খ্বাইনা মাবু নিন্দা তৌনখি। অদুবু মতম খরগী তুংদা মাগী রাখলগা মান্নবা বেকন অমস্তুং কোলরিজ নাচংবনা কাব্যদা ছন্দ যাওদনা ইবা য়াই হাযনা হিংগী মতম শোগংলম্মী (Poetry of the highest kind may exist without metre) অম্সুম্না কাব্যদ ছন্দনা নত্রগা ব্যাকরণগী নিয়মশিংনা পুংদুনা থম্বসি ঙমলক্তে। কাব্যগী হৈচেন্ন বল্লকপনা ছন্দ নিয়মগা পল নমথায়বন চেনবা হৌরক্রে, অদুবু ঈচেপ শগ্রব কাঙবুনা অরেম্বদা পাখোক্লুনা মাংখিনি হায়না খল্লুনা মতুংইন্না

ইন্নহনা খিংলি হায়বদি ব্যাকরণগী নিয়ম অমসুং ছন্দ লাম্বোক্তুনা চেন্নকলবা কাব্যবু মুক্তক কাব্য ( Blank verse ) হায়গনা অশৌবা লৈপল অমা তাথংলে।

কাব্যগী মখল ঃ ( ) দৃশ্য কাব্য (২) শ্রব্য কাব্য দৃশ্য কাব্যদা রূপক, নাটক, অমসুং দশরূপকনি শ্রব্য কাব্যদা পদ্য, গদ্য, মিশ্র (চম্পু) পদ্যদা অমুক প্রবন্ধ অমসুং মুক্তক হায়না অনিথোক্না খাইদোক্লি গদ্য কাব্যদা উপন্যাস বারীমচা, পুস্তিবারী, নিবন্ধ, পত্র অসিনাচংবনি। প্রবন্ধ কাব্যসু অমুক মহাকাব্য, খন্দ কাব্য হায়না অনিথোক্না খাইদোক্লি।

কাব্যগী মনুংদা গদ্যসু চল্লি। গদ্যগী মনুংদা উপন্যাস, বারী-মচা, নিবন্ধ অসিনচিংবা অসিনি। গদ্য অমসু পদ্য পুন্নমক কাব্যগী মনুংদা লৌবা ঙাক্কনি

কাব্য—ইবা মতমদা ইবিবা মীহুনা মপুং ওইবা (Subjec tive) অমসুং ইগদোরিব পোংনা মপুং ওইবা (Objective) হায়না অনিথোক্না খাইদোকই অনিসগী মনুংদা ইগদোরিবা মীহুনা অপাম্বা মওংদা ইনৈ। গীত কাব্য অমসুং কবিতা ইবা মতমদা মশানা মপুং ওইবা (Subjective) অহুগা গদ্য কাবা ইবদনা পোংনা ওইবা (Objective) নম্না শিজিন্নবা উই। অহুবু অকরবা লৈবদি নত্তে অহুনা ইগদোরিবা মীহুগী অপাম্বা মতুং ইন্না অহুম ইবা য়াই।

# "মহাকাব্য"

কাব্যগী মখলশিংগী মনুংদা মহাকাব্যসু অমনি। মসিনা কাব্য পূম্নমক্কী মওং মতৌ চাওনা হেল্ল অতৈদা লৈদবা গুণ কয়া মহাকাব্য অসিদা অমসুং মাস হৈরিবা মীহুদা যাওই। অদুনা সাহিত্যগী শাস্ত্র মখল (বিধ) হৈবদা লাইবগুক লাইদে। মবমাসিনা অহৈবা ধার শংনা মসিগী অহৌবমক্তদা ঐরেথায় থি গাইদনবা ঈশ্বরগী মঙ্গমদা থুকমনৈ। কাব্যশাস্ত্র ঐতিবাশিংনা মহাকাব্যগী পান্দম অসুম শিন্নম

सर्गबन्धो महाकाव्य महत च महच्च यत।
अग्राम्य शब्दार्थं च सालंकार सदाश्रयम ॥
मन्त्रदूत प्रयाजाणि नाभकामयुद्यैश्च यत।
पञ्चभिर्युक्त नाति व्याख्येय मृद्धिमत ॥
चतुर्वर्गाभिधानेऽपि भुयं सार्थोपदेशकृत।
युक्तं लोकस्वभावेन रसैश्च सकलै पृथक।

काव्यालंकार भामह

হায়বদি— ১ মসি সগ নাইবা ওইগদবনি।
১ মসিদা নায়ক অম লৈগনি।

মহাক অহু অকবা অৱাংবা নত্রগা নিংথৌগী শাগৈ জাৎ ওইগদবনি নত্রগা নিংথৌ শাগৈগী মী অমা ওইবসু য়াই। পুকচেল ওপ্পা অমসুং থাওবা কনবা ওইগদবনি।

মহাকাব্য হৈবা মী খুদিংমক মাগী মমাংগী কবিশিংগী অমসুং অইব-শিংগী রাখলদগী খরা হেনগৎনা খন্নে । মসিনা মতমচুগী চৎনবীনি। মরম অসিনা করিগুম্বা পান্দম অমনা মতমপুম্বগী ওইনা লেপ্পা হায়বসি ওইথোক্কে। অতুম ওইনক বিশ্বনাথকী পান্দম অসিদি সমপ্রদায় কয়াকাওবা চৎনরম্মী।

ভারতবর্ষদদি মহাকাব্যগী পান্দম অসি মীওইবগী পুন্সিগী অপুনবা থৌদোক অমা উৎকদবনি অমসুং থৌদোকশিংসি মপুংফানা পাংথোক্কদবনি হায়না পিনৈ। অসিগুম্বা পুন্সিগী অপুনবা থৌদোক অমা মপুংফানা উৎকদবনি হায়বসি নোংচুপকী সাহিত্তাদদি লৈতে।

নোংচুপকী সাহিত্যদা মহাকাব্যগী মরমদা অরিস্তোতলনা খাইদগী হেন্না কুপ্না নৈনবা হৌথি। মাগী মত মতুংইন্না মহাকাব্য অমদা মপুং ওইবা রারী অমা লৈগনি। মসিগা লোয়ননা ছুপদো (Hexametre ছন্দদা ইনৈ। মাগী মথাগী পান্দম অসি য়েংসি:—

(১) রাহায়না মরু ওইবা (Narrative)।

(২) মসিদা লনাইগী ওইবা রাখলম্ফগী ময়ামগী ওইবা খনগদবনি। মাগী রাখলশু মীয়াম্না পাম্নবা ওইগবনি।

(৩) মহাকাব্যগী রারীদি অরিবা ওইগদবনি মসিগা লোয়ননা রারীশু মীয়াম্না পাম্নবা কৈ।

(৪) মসিদা য়াওগদবা পাত্র পূম্নমক অক্কবা শাগে জাৎ ওইগদবনি।

(৫) মসিগী রারীপুম্বা মরু ওইবা থৌদোক পূম্নমক মকোক ওইবা নায়কা লোয়ননা মরি লৈনগদবনি।

(৬) মসিগী ম্নারেংদা থোইদোক হেন্দোক্না ফজবা শৈরেংগী ওইবা গুণ চেনগদবনি।

(৭) মসিদা অহৌবদগী লোইবাফাওবা ছন্দ অমত্তদা ইগদবনি।

মথক্তা পিরিবা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না মহাকাব্য ইনরম্মী। নোংচুপকী মহাকাব্য চাওরাক্না অনি থোক্না খাইদোকপা য়াই। মহাকাব্যগী চাওখৎলকপা নত্রগা হৌগৎলকপা (Epic of growth) মথদি হোমরগী ইলিয়ড (Illiaot) অতোপ্পা অমনা কলাগী ওইবা মহাকাব্য (EPic of art) মথদি পেরেডাইজ লেষ্ট-(Paradise lost) মতমগী আসনি।

মহাকাব্যগী মরমদা নোংচুপ অমসুং নোংপোকলোমগী থোইনা খেনবা লৈতে

অনিমক্তা মহাকাব্যগী পিনরিবা পান্দম অসি মায়প্না অথবু করিগুম্বা মতাংদদি খেৎনবসু লৈ মথদি নোংচুপকী মহাকাব্যদা নায়কনা থোইনা মপুং ওইতন্দুনা মাগী জাতিদা মপুং ওইনা ইনৈ। অথগা নোংপোক অসোমদনা মরুওইবা থোদোক খুদিংমক নায়কনা মরি লৈনৈ। নায়কী মতিক মগুন্দা মতমথগী সমাজগী লাইবকসু লেপ্পী। হায়রিবা খুদম অসি বাল্মীকীগী রামায়ন্দসু কংই। মতমথগী সমাজগী লাইবকসু শ্রীরামচন্দ্রদা লৈরম্মী। নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মহাকাব্যশিংগী নায়কশিংনা লান্দা মাইপাকপদা থোনা লৈবা মীগী কান্নদোবা থবক্তা মতেং পাংবা অমসুং পুকচেল চাওবা ওইরম্মী। মহাকাব্যগী লোল ফজবা ওইগদবনি। মতমথগী জাতিথগী ওইনা ধর্ম্ম সংস্কৃতি পুম্নমক উৎকদবনি।

মরম শসিনা মহাকাব্যদা লাইগী শক্তি চেনগদবনি হায়না হায়রৈ। মরম অদুনা কত্তবা থবক্তগী অকবা থবক্তা মায় পাকদবনি হায়বা অসি চৎনরম্মী। অদুবু মহাকাব্যগী লোয়শিনবদা অরাবনা নত্তগা মুংঙাইবনা লোইশিনবশু য়াই

বাল্মীকীগী রামায়ণ হোমরগী ওডেসী অমসুং হিজম অঙাংহলগী থম্বা থোইবী 'শরেংদা মান্নবা লৈ। মহাকাব্যশিং অসিগী রারীশিং অসি অহানবদা মীযাম্না শক্ত-শোন্নরম্বদগী কাইনথংদা মহাকাব্যগী মওংদ' ইনখিবনি। মহাকাব্যশিং অসিগী নায়ক নায়িকাশিং অরা মুংদাই অমসুং মুংশি মুংওনগী মরক্তা লৈবাক্তী থোদোক-রাথোক কযাশু উৎলি।

ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী খেৎনবনা মহাকাব্যশিংদা য়াওবিবা নাযক নাযিকাশিংগী বাখলশু থেৎনৈ। বামাগন্দ সীতান' বাবণগী মথুৎ চল্লবাফাওবা রাবণগী রাদা য়াহ হায়না হায়খিদে। ওডেসীগী নাযিকাদি ফি অসি শাব' লোইরগ' লুহোংসি হায়না হায়খি অদুবু মাগী ফিদি অযুক-নুংথলদা শাগা মু'দাংদা হন্দোক্লম্মী অদুগা থম্বা থোইবী শৈরেংগী থোইবীদি ইটৈ নোংবাল লাংগোই লেংজরবদি ইশাম লমদম যৌব জমলোইদোরে হায়না তাৎ তৌদুনা লাংগোই থুরুক থোরগা থম্বা মরালযাই য়োঁখ।

# কাব্য হেতু-কাব্যগী মরম

কাব্যগী ময়মহায়বগী অর্থদি ইবকপগী মরম হায়বনি। সংসা'ব অসিদা ঐখোযগা লোযননা নত্রগা অতোপ্পা মীগা লোযননা 'লৈবা অমসুং খোকপগী খোঙং পুন্নমক ঐখোযগী পুক্লিংদা মমী তাই মতৌ ঐখোয়না রাহৈনা এমুক অতোপ্পগী মকমদা ফোংদোকপা পামই ফোংদোকপা রাফোংদোক অত্থনা মতুগী মরম ওইরিবা পোৎ অতুগী মগুণ লেপ্পী। ইচম চম্বা মীচম অমনা ফোংদোকপা রা অত্থনা ফজদবা রারী নত্রগা রারেম তাত্থনা মাংই অতুগা নিপালক্তগী অহেনবা মীত্থনা খোইদোক্না শেম শাত্থনা লৈশি লৈখোল হাপ্তুনা ফোংদোকপা রাহৈ অত্থনা তাবদা নুংঙাই অমসুং মপুংফাবা অর্থ চেল্লি। অসিগুম্বা মপুংফানা অর্থ চেনবা রারে' নত্রগা শৈরেং অত্থবু কাব্য হায়না কৌই। কাব্য ইবা হাযবসি মা থু'দংমক্না ঙম্বা থবক নত্তে। খোইদোক হেন্দোকপা গুণ চেল্লবা নিপালক্তগী অখোইবা মীত্থনা কাব্য ইবা ঙমই। অতুগুম্বা অখোইবা মগুণ চেনবা অত্থনা কাব্য ইরকপগী মরমনি। কাব্য ইরকপগী মবম হায়বা হীরম অসিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অখং অহৈ-শিংনা য়াম্ন' কুপ্পা অমসুং পাকচাওনা নৈনগ্রে। মখোযগী মত তোঙাল তোঙান্না অমসুং শমলপ্পা মখাদা পিরি।

## সংস্কৃত কাব্য শাস্ত্র হৈবশিংগী রাখল:—

সংস্কৃত সাহিত্যগী কাব্য শাস্ত্রদা খাইদগী ইহাল হান্না ভামহনা কাব্যগী মরম (কাব্য হেতু) গী মরমদা থনবা হৌখি মহাক্না

কবিতানা করিগী কাব্য (কবিতা) ইবা ঙম্লিবনো অমসুং মী অতৈনা করিগী ঙমত্রিবনো হায়বগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খনখি। মমৈদা মানা অস্নুনা লেপখি মাহুদি—কবিদা পোকপদগী য়াওরকপা থোইদোকপা গুণ (প্রতিভা) নৈ। মসিগা পুন্না তম্বা (অধ্যয়ন) অমসুং হেৎনবদগী (অভ্যাস) মথোয়না কাব্য ইবা ঙম্বনি। ভামহনা কাব্য ইবগী মরমসি মথল অহুমনি হায়না লৌরম্মী। মাহুদি (১) পোকপদগী য়াওরকপা গুণ (প্রতিভা) (২) তম্বা (শাস্ত্রজ্ঞান) (৩) হোৎনব (অভ্যাস)। মহাক্না অহুমসিগী মরুংদা পোকপদগী য়ারকপা গুণসিনা মরুনি- হায়না হায়রম্মী।

দন্ডীনসু কাব্যগী মরমবু পোকপদগী য়াওরকপা গুণ (প্রতিভা) ঙম্বা (শাস্ত্রজ্ঞান) অমসুং হোৎনবা (অভ্যাস) অহুমসিনি হায়না লৌরবসু কাব্যগী মরমগী মরুদি তম্বা অমসুং হোৎনবনি হায়রম্মী। মহাক্না রাখলগী মতুংইন্নদি কবিদা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ রাৎলবসু নিংথিনা তম্নবা অমসুং হোৎনরবদি কাব্য ইবা ঙম্মী হায়বসিনি।

রামন :—কাব্যগী মরমবু মথল অহুম্নি হায়না লৌরম্মী—হৌনলোনচৎ খংবা (লোকজ্ঞান) তম্বা (শাস্ত্রজ্ঞান) অমসুং মথল মথেল খংবা (প্রকীর্ন)। মাগী মথল মথেল খংবা হায়বসিদা মথল ৬ থোক্না খায়দোকই—১। মাগী মমাংগী অমদি মতমচুগী কবিশিংগী অইবচু নৈনবা, ২। হোৎনবা ৩। পুক্লিং লৌশিং হেনগৎনবা তম্বা ৪। মাগী অইবচু অচুম-অরান য়েংবা ৫। মহৌশাগী লোইনরকপা গুণ, অমসুং ৬। পুকচেল লেপ্পা।

কুন্তক্ অমম্বুং রুদ্রতনস্ন কাব্যগী মরমবু মথল অহন্নি হায়রম্মী। মাতুদি থৌনা [ শক্তি ] মপুংফাবা, অমম্বুং হোৎনবা মতাংসিদা মথোয়গী থৌনা হায়াবা রাহৈ অসি ভামহগী পোকপদগী য়াওরকপা গুণগা মান্নৈ। মথোয়না মসিবু অনী থোক্না অমুক খাইদোকলম্মী — পোকপদগী য়াররকপা অমম্বুং তানশিনবা। অতুগা মথোয়না পোকপদগী য়াওরকপা গুণনা কাব্যগী মপুংনিস্ন হায়রম্মী। অতোপ্পা মপুংফাবা অমম্বুং হোৎনবা হায়বা অনিসিনা কাব্যগী মপুং ফানবা মতেং পাংবনি হায়খি।

আনন্দবর্ধনস্ন কাব্যদা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ, মপুংফাবা অমম্বুং হোৎনবা হায়বা মথক্তা থন্নখিবা মতশিং সিগা মান্নবা লৌরম্মী। মহাক্না অতৈ অতৈ অরাৎপদি পোকপদগী য়াওরকপা গুন্না কুপ্না ওম্মী। অতুগা মসিনা বাৎলবদি মপুং ফাবা অমম্বুং হোৎনবা ওমদে হায়।

রাজশেখরগী রাখল মতুং ইন্নস্ন কাব্য ইবগী মরমসি পোকপদগী য়াওরকপা গুন্না তোঙান্না লৌগদবনি অতুগা মপুংফাবা অমম্বুং হোৎনবা অনিসিনা কাব্যগী মপুং ওইগদবনি হায়রম্মী। মহাক্না কাব্যগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী। মান্না পোকপদগী য়াওরকপা গুণবু মী অমগা অমগা মান্নদে মরম অসিনা কাব্যদস্ন থেন্নরিবনি হায়রম্মী। মহাক্না মথা তানা হায়খি মাতুদি কাব্যদা হায়রিবা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ মপুংফাবা, অমম্বুং হোৎনবা হ'য়বসি পুন্নবা মীহুদনা অফবা কাব্য ইবা ওমগনি নত্রবদি অরেম্বা তাগনি হায়খি।

মম্মটনসু কাব্যগী মরমবু মথক্কা লৌনখিবা মথল অহুম অসি লৌরম্মী। মহাক্কী রাখল মতুং ইন্নদি কাব্যদা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ অসি রাংপা কাব্যদি নোক্লিংঙাইগী মশক্লি হায়রম্মী। পোকপদগী যাওরকপা গুণ মপুংফাবা অমসুং হোৎনবা হায়রিবা গুণ অহুম অসি পুল্লবা মতমদা ফজবা কাব্য অমা ইবা ঙমগনি হায়না ফোংদোকলম্মী।

হেমচন্দ অমসুং জগনাথনসু মথক্কা হায়ৱিবা মত অহুম অসিদা শোগৎলম্মী। মখোয়না পোকপদগী য়াওবকপা গুণবু কাব্যগী মরমনি হায়না হায়রম্মী। অতোপ্পা অনিহুনা কাব্যগী মরমগী মতেং পাংবনি হায়না থম্মখি।

মথক্কা পিগ্রিবা পণ্ডিৎশিংগী রাখল মতুংইন্না কাব্যগী মরম হায়বসিগী মতাংদা মকওইনা (') পোকপদগী য়াওরকপা গুণ (প্রতিভা) (১) মপুংফা। নত্রগা তম্বা অমসুং (৩) হোৎনবা (অভ্য স) অহুম অসিনা লৌনরম্মী। চায়থ্রিব গুণ অহুম অসি লৈবা নিপা চুম্না তুমিন্না লৈতে। অহুমসিগী ইথিন্না কবিনা কাব্য ইবনি। অহুমসিগী থোইশিন্না কবিশিংবু অঙাওবগী মতোংগুম করিগুম্বা থরা হায়হল্লি। হায়রিবা অহুম অসি মথাদা অমুক নৈনহুনা য়েংসি—

১। পোকপদগী য়াওরকপা লৌশিং কাব্যগী মরম হায়বদি কাব্য ইরকপগী মরম অসি ক'রিগীনো অমসুং করিনো হায়না সংস্কৃত সাহিত্যদা চহি কয়া হংনখি অমসুং নৈনখি। মথৈদা শাস্ত্র নিংথিনা হৈরবা আচার্য্যশিংনা হায়রিবা অসিগী মরমদি পোকপদগী য়াওরকপা গুণ, তম্বা অমসুং হোৎনবা হায়বা অহুম অসিননি

হায়না লৌনখি। মথোয় অয়াম্বনা হায়রিবা অহম অসিগী মপুংদা পোকপদগী য়াওরকপা লৌশিং অসিনা মপুংনি হায়না হায়রম্মী। মসি য়াওদবা মীনা কাব্য ইবা ঙাম্বা অসি ওইথোক্কবনিগুম হায়রম্মী।

মম্মটনা পোকপদগী য়াওরকপা গুণগী মরমদা অসুম্না ইরম্মী—

গুরুপদেশাদধ্যেতুং শাস্ত্রং জড়ধিয়োঽপ্যলম।
কাব্যং তু জায়তে জাতু কস্যচিত প্রতিভাবত:
কাব্যলঙ্কার॥ ১—৫।

আনন্দবর্ধনা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ অসি য়াওদনদি কাব্য ইরা য়াদে হায়বদি ইবা ঙমদে হায়রম্মী।

অব্যুৎপত্তিকৃতো দোষ: শক্ত্যা সংব্রিয়তে কবে।
যস্ত্বশক্তিকৃতস্তস্য ঝগিত্যেবাব ভাসতে॥
ধ্বন্যালোক—১২-৬

জগন্নাথনা কাব্য ইবদা রাইহ অমসুং অর্থ কক্কনা থংনা থনবা ঙম্বা অদুবু পোকপদগী য়াওরকপা গুণ চেনবা হায়না খংনৈ হায়রম্মী।

সা ( প্রতিভা ) কাব্যঘটনানুকুলশব্দার্থী পস্থিতি:।
—রসগংগাধর

২। ভম্বা ভম্বা হায়বগী অর্থদি অমসুং লোনগী কাংলোনবু নিংথিনা মপুংফানা হৈনবা ভম্বা হায়বনি য়াম্না পাক চাওনা হায়রবদা কাব্যগী মসুংচনগনবা অমসুং পুন্সিগী মপুংদা থেংনবা থবক থোদোক পূম্নমক থংনবা ভম্বা হায়বনি। হায়দ্রিবা ভম্বগী থবক অসি

যাওত্রবদি কজবা কাব্য ইবা ঙমদে। পোকপদগী য়াওরকপা গুণনা মরম ওইছনা নিংথিন তম্লগা কজবা কাব্য ইবা ঙম্মী।

আচার্য্য মম্মটনা "তম্বা" হায়বা রাৈহংসিগী মতত্তা "মপুংফাবা" হায়বা রাৈহ অসি শিজিন্নরম্মী।

**শক্তির্নিপুণতা লোকশাস্ত্র-কাব্যাদ্যবেক্ষণাৎ।**
**কাব্যজ্ঞশিক্ষয়াভ্যাস ইতি হেতুস্ত তদুদ্ভবে॥**

মসিগী অস্রুমা তম্বা নত্রগা মপুংফাবা হায়বা রাৈহ অসি য়াম্না পাক-চাওনা খংনৈ। মসিদা পুক্নিং লৌশিংগী ওইবা শরুক পুম্নমক চাল্লি।

৩। হোৎনবা—হৈননবা অমদি খংনবা নৈনবা অহুবু হোৎনবা কৌই। হোৎনবা হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রিব' অনিসিগী মতেং পাংবনি কাব্য ইবগী মতমদা মসিনা অহমশুবা থাক্তা লৈ। মথক্তা হায়খ্রিবা মগুণ অনি অসি লৈহুনস্তু হোৎনবা য়াওদবদি কাব্যগী মওং তাবা ঙমলোই। কবিনা অহানবা ইবা কাব্যদগী অকোনবা ইবা কাব্যনা কজবা হেল্লি। হায়বদি হন্না হন্না হোৎনরবা মতুংদা হেন্না কজবা কাব্য ইবা ঙম্মী। অহুম ওইনমক সংসারসিদা চংহোৎ হোৎনদনা ইহাল হান্না ইবা কাব্যদা কাওহনা মিংচৎ অমর ওইথিবা য়াওখ্রে

ভারতবর্ষগী মিৎয়েংদা "কাব্যগী মরম" (কাব্যং হেতু) হায়বসি পোকপদগী য়াওরকপা লৌশিং, তম্বা অমসুং হোৎনবা অহুম অসিনা পুল্লবা মীহুনা কাব্যগী মরমনি। অহুম অসি অমগা অমগা মতেং পাংনহনস্তু পোকপদগী য়াওরকপা গুন্না মরুনি হায়না হায়রম্মী।

অংগ্রেজী সাহিত্যদা কাব্যগী মরম নোংচুপকী কাব্যশাস্ত্র হৈবশিং কবিশিং, অমদি অতৈ অথং অহৈশিংনসু — কাব্যগী মরম ( কাব্য হেতু ) গী মরমদা য়াম্না কুপ্না পাক চাওনা নৈনরম্মী । মখোয়শিংগী মতম অমা শমলপ্না মখাদা নৈনবি—

প্লেতো ঃ—ইং ৪২৮—৩৪৮ গী মমাংদা গ্রীক সাহিত্যদা প্লেতোগী কল্লবা ৱাখলগী ঈচেল অমা চেল্লম্মী । মতমাসগী সাহিত্য পুম্বা মানা য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী । মহাক্না হায়রম্মী মাথদি কবিশিংনা হৈখোয় শিংখোযহনা কবিতা ইবা নত্তে । মখোয়গী থম্মোয়নুংদা কাব্যগী লাইরেম্বী (ম্যুজ) অমা লৈ । মহাকনা কল্লকপা মতমদা মখোয়না কাব্য ইবনি নত্রবদি মখোয়না কাব্য ইবা ঙমদে । মসি মখোয়না তাল্লুবা মবল নত্তেসু হায়রম্মী মানা মখা তানা কবিনা কবিনা কবিতা ইবা হায়বসে মতৌ তম্বনি হায়রম্মী । মরমসিনা কবিতা হায়বসি অচুম্বা অমসুং অশেংবা মশক নত্তে হায়নসু অকনবা মোং পিরম্মী প্লেতোসু ভারতবর্ষগী মতৌগুম্না পোকপদগী য়াওরকপা লৌশিং ( প্রতিভা ) বুনা কাব্য ইরকপগী মরু ওইবা মরমনি হায়না থাজরম্মী মানা হায়খিবা লৌশিং অসিগা লোয়ননা ৱাখল থনবা, পুক্নিং চংবা অমসুং হোৎনবনসু কাব্য ইরকপগী মরমনি হায়রম্মী

অরিস্তোটল ঃ— অরিস্তোটলগী মতম মতুংইন্নদি কাব্য হায়বসি মতৌ তম্বনি । মাগী মতৌ তম্ব' হায়বসি অচুম্বা অশেংবা পোৎতগী মতৌ তমখোকপহ নত্তে । মশাগী মওং মতৌথ চুম্না নিয়মগা লোইননা তম্বা হায়বনি মরমসিনা অসিগুম্বা মতৌ তম্বা

অসিগীদমক—রাখল, লৌশিং অমসুং হোৎনবা তঙাইফদে হায়রম্মী। অতৌম ওইনমক অরিস্তোটলনা কাব্যগী মরু ওইবা মরমদি হোৎনবনি হায়রম্মী। নিংথিনা হোৎনরবা কবিশিংনা কজবা কাব্য ইবা ঙম্মী

<u>হোরেস</u> ঃ— হোরেসসু অরিস্তেটলগী রাখলগী তুংইনবা মীনি; মরমসিনা মহাকসু কাব্য ইনবগীদমক কবিশিংনা কন্না হোৎনবা অমসুং য়াম্না খনবা চংই হায়রম্মী মহাক্না পাকপদগী য়াওরকপা লৌশিং, তম্বা অমসুং হোৎনবা অচম্মক পুল্লবা মীত্তনা কাব্য ইবা ঙম্মী। মবম অসিনা অচম্না কাব্য ইনকপগী মরু ওইবা মরমনি হায়রম্মী মতাংসিদা মহাক্না অরিস্তোটলগা খেন্নবা থরা ৈলনম্মী।

<u>লোঞ্জাইনস</u> ঃ— লোঞ্জাইনসনা কাব্যগী মরমদা মথল মঙা-থোক্না থায়দোকলম্মী। মতুংদি—(১) থাওবা কনবা, (৩) ফিরমতুদা মম্মুং তানা থংবা, (৩) পুক্রিং ইথিল, (৪) রাইহগী লৈতেং অমসুং মপুং ফাবা রারেং। হায়রিবা মঙা অসিনা কাব্য ইবকপগী মবম্লন হায়না লোঞ্জাইসনা মত পিখি

<u>ক্রোচে</u>— ক্রোচেনা কাব্যগী মথমবু কবিগী মপাক্লিংদা করিগুম্বা পোৎ অমগী মমি তাক্লবা ফতুনানা হায়না হায়রম্মী। মানা (কবি) উক্লরিবা পোৎতুগী থোইনাশন্না কাব্য ইবনি হায়রম্মী মহাক্না থম্মোইগুংগী অনিংবদু রারেং পথাপ চুম্না ফোংদোকপা অদুনা কাব্যগী মরমনি।

মথক্কা নৈনগ্রিবা থন্না অসিদা নত্তনা মনোবিজ্ঞানগী মিৎয়েং য়েংলগা কাব্যগী মরম হাযবা হিবম অসিদা নৈনখিবশিংগী মহুংদা য়াম্না মরুওইবা থবগী রাখল থন্না মথাদা তুরি।

ফ্রোয়ড—ফ্রোয়ডনা মীওইবগী মশাদা পোকপদগী হৌনা অপাম মুংশিগী শরুক থবা যাওরকই। অদুগুম্বা অপাম মুংশি অদুনা কাব্যগী মরমনি হায়বম্মী। মীওইবগী মশাদা করিগুম্বা পোৎ অমা ফংনিংবগী থৌরাংবা শরুক অদুনা নিংঙমদনা শোন্দুনা হায়বদি নিংদুনা অশুম লৈ। মদুনা মপুংফারক্রবা মতমদা রাহৈ ওইনা চিনবান কাওনা কোংদোক্না কাব্যগী মশক ওইবকই।

এডলর— এড়লরনা মাগী ওঝা ফ্রোযডক্নী অপাম মুংশি হায়বসিগী মহুত্তা অরাবা হায়বা রাহৈ অসি শীজিন্নরম্মী। মহাক্না হায মহুদি মীওইবগী পুন্সিদা অরাবনা পিক্ষ থন্না লৈ। মনা হোৎনহুনস্ত অসিগুম্বা অরাবশিং অসি কোকপা ঙমদে। মরম অসিনা কবিশিংনা অসিগুম্বা অবাবশি অসিনা মরম ওইদুনা কাব্য ইবনি হায়রম্মী। অদুগা অত্তোপ্পা অমনা মখোয়না রাখলগী মতেংনা অসিগুম্বা অরাবশিং অসি কোক্লবস্ত মখোয়না হোৎনরম্মী। ঐখোয় মীওইবগী অরাবা অসিবু মথং মনাও চানা থনগৎলবা রারেংদা কোংদোকলবা অদুবু কাব্য হাযনা থংনৈ।

য়ুংগ—য়ুংগী রাখল মতুংইন্না হায়বদি মীওইবনা হিংদুনা অশুম লৈনিংই মরমসিনা ঐখোয়না শিগ্রবস্তু মিং লৈহৌনবা হায়ববু কাব্য ইবনি অদুবু—কাব্য ইবগী মরমদি মিংচৎ অময় ওইহৌনবনি হায়রম্মী। কবিশিংনা হেন্না কল্পকচাওদুনা কাব্য ওইবনি।

মখোয়না মতম চুপ্পদা মিংচৎ লৈহৌনবা খন্ধুনতা লৈ। মরম অদুনা মখোয়গী কল্লক চাওবনা কাব্যগী ইনবগী মরমনি। মসিগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়না লল থুম কংনবন্থু খল্লি হায়রম্মী।

মথক্তা নোংপোক (ভারতবর্ষ) নোংচুপ (ইউরোপ) কী কাব্যগী মরম (কাব্য হেতু) গী মরমদা নৈনখ্রে। হৌজিক মৈতৈ সাহিত্যদা হায়রিবা কাব্যগী মরম হায়বসি করম্বা মওংদা কনা কনাগী রাখল পিনখ্রবগে অমসুং করি করম্বা থাক্তা লৈবগে হায়বহ্ অমুক খন্নবনা য়েংসি—

মৈতৈ সাহিত্যদা কাব্যগী মরম—মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা খন্না নৈনরিবা অথং অহৈশিংনা ঙসিকাওবদা কাব্যগী মরম (কাব্য হেতু) করিনো হায়বা ফাওবা পন্নখ্রি। মসি নহালনা পুখোক্তুনা সাহিত্যবু মুংশিনা তম্লিবা ছাত্র ছাত্রিশিংদা থংহনবা য়াবা মতম হেল্লবনি। অদুবু হৌজিক থেংনবন্থু থে'না কাব্যগী মরম হায়বসি করিনো খন্নদুনা অমুক্তুং য়ে'সি—

ঐখোয়না কবি হায়রগা রারেং নম্রগা শৈরেং ইবা নিপাবু (মী) খংনৈ। মানা শৈরেং নম্রগা রারেং অসি করিগী ইরিবনো অমসুং মসি ইনবা কনা কনানা ইনশিল্লকই নম্রগা হায়রকই—হায়বগী মরমদা নৈনবা অদুবু কাব্যগী মরম হায়না কৌই মখোয়দা করম্বা অহেনবা লৈদুনা মখোয়না কবিতা ইরিবনো হায়বসি ঐখোয় থুদিংমক্না খন্নদুনা য়েংকম থোকই কবিতা ইবসি ঐখোয় থুদিংমক্না হেক্তা ঙমদে। মরম অসিনা মখোয়দা (কবি) করিগুম্বা মীযামগা মান্নদবা অহেনবা খরা লৈ। হায়রিবা অহেনবা অসি অমুক করি

করিনো হায়বত্থু থিবা তাই। মসি ঐখোয় খুদিংদনা লৈত্রিবা করিগনো ? ঐখোয়সু তানবা ফংলোইত্রা হায়না হংলবদি য়েংনবা লৈতনা চুম্না পাওখুম পিবা তারবদি "ঙমলোই" হায়না খুমগনি। মরমদি ঈশ্বরনা ঐখোয় মীওইববু শেম্বীরকপা মতমদা মী খুদিংদা তোঙান তোঙানবা গুণ পীবি। ইবুংঙো মাগী অঙকপা খুদোলনা হায়রিবা গুণশিং অসি অমগা অমগা অমত্ত মান্নদে। কবিদা ঈশ্বরনা কবিতা ইনবা পীবিরকপা গুণ অসি ঐখোয়দা লৈতে।

কবিদা অতোপ্পা গুণ রাংনা লৈরম্বসু য়াই তৌইগুম্বসুং কবিতা ইনবদি মঙোন্দা হেন্না লৈ। অসিগুম্বা ঈশ্বরনা পীবিরকপা গুণ ঐখোয়দা লৈতে।

কবিদা অতোপ্পা গুণ রাংনা লৈরম্বসু য়াই তৌইগুম্বসুং কবিতা ইনবদি মঙোন্দা হেন্না লৈ। অসিগুম্বা ঈশ্বরনা পীবিরকপা গুণ (লৌশিং) অসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না কবিতা ইবনি। মখোয়না উরুবা অমদি য়েংলুবা পূম্নক লৌশিং অসিনা মরম্ ওইদুনা অতোপ্পা মিংয়েংদগী লাপথোক্লক্তুনা কবিতাগী রাথলদা ঙহৈ অমসুং য়েংই। উরুবা নত্রগা য়েংলুবা পোৎতুগী থৌইনশিন্না কবিতা ইবগী মরম ওইরকই। অসিগুম্বা ঈশ্বরনা পীবা পোকপদগী য়াও-রকপা লৌশিং অসি য়াওদবা মীনা কবিতা ইবা ঙমদে।

মথক্তা হায়খ্রিবা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ অসিগা লোয়নন লোয়নননা কবিনা অম্বা অমসুং হোৎনবা হায়বসিসু চাই। মখোয়না মখোয়গী মথক্তী অহৈ অশিংশিংনা চৎনরম্বা অহু কন্মী। মখোয়না তমদুনা হৈরবা অহু হোৎনদুনা ক্লাব্য ই। মরম অসিনা কবিগী

মশাদা পোকপদগী য়াওরকপা গুণ, ( লৌশিং ) তম্বা অমস্তুং হোংনবা হায়বা গুণ অহমসি পুল্লবা মতমদা কাব্য ইনবগী মরম ওইরকই। অসিগুম্বা মরম অসিবু কাব্যগী মরম হায়না কৌই।

কাব্যগী মরম হায়বশিংদা মরম অহুম চংই :—(১) ইনশিল-লকপা, ( ২ ) শেম্লবগী মওং, ( ৩ ) কোংদোকপা। অহানবগীশিংদা কবিগী অকোইবদা লৈরিবা ফিবম, ইমুং মচুং অমস্তুং মমাঙনচিংবা চল্লি। অনিশুবদা মহাকী রাখলনা থল্লিবা, মিৎনা উরুব্লিবা অমস্তুং নানা তারুবা অচু মাগী তৌবা গুম্বা থৌনাদা রাবেং ওইনা শেমদোকই। অহুমশুবা অসিনা মাগী রাখলনা শেমদোকলবা রাবেং অচু কোংদোকই। কবিগী লৌশিংনা উরুবা তারুবা অচু রাখলগী রাবেংদা রাহৈনা কোংদোকপা অচু কাব্যগী মরমনি।

# কবিতাগী কান্নবা

মীওইবগী পুন্সি অমসুং পুন্সিগা মরি লৈনবা পোৎ খুদিংমক কান্নবা কান্নদবা হায়না অনিথোক্না খাইদোক্লে। কান্নবা কান্নদবা অকবা ফত্তবা নত্রগা অরা ফুংভাই হায়বা অসি তোঙান্না কনানসু পুথোকপা ঙমদে। মরমদি অমগী কান্নবা, অকবা অমসুং ফুংশিবা অদু মী অমদা করিসু ওইদবা য়াই মসিগুম্বা কান্নদবা অরাবা নত্রগা ফুংঙাইবা হায়বসি মতম লৌগদৌবা মী অমসুং মফম মতমগী মথা পোন্না লৈ। মমল য়াম্নবা হিরা মশক থংত্রবদি করিসু কান্নরোই। অদুগা তঙাইফরক্তবদি পাৎপালগী থরোই অহাম্বা ফাওবা থুন্নরি। অসুম্না পুন্সিগী থবক থৌদোক খুদিংমক্তা কান্নবা অকবা ফুংঙাইবা অমসুং ম'সগী ওন্নবদা অবাবা ফুং'ঙ'ইতবা কান্নদবা হায়বসিনা করিনো হায়না মীরোল মীবোল খুদিং খন্না নৈনগনা লাক্লি। মবম অসিনা ঐথোয়গী ইরকুগী কনাগুম্বা অমনা ক'রগুম্বা লমবু হৌবক্লবদি মতু মানা কবিগী তৌবিবনো অমসুং মথনা মাগী নত্রগা ঐথোয়গী করি কান্নে নত্রগা মা'হল্লি হায়বসি যাম্না কুপ্না থিনৈ অমসুং নৈনৈ।

কবিতাগী কান্নবা হিবম অসিদা নো'পোক অমসুং নো'চুপকী অথং অহৈশিংনা য়াম্না কুপ্না খন্না নৈনখ্রে।

মথোযগী তোঙাল তোঙালবা রাখল অদু যেংসি—সংস্কৃত সাহিত্যদা কবিতাগী কান্নবা—ভারতবর্ষদা কাব্যগী কান্নবা হায়বা

য়াহৈ অসি ভরতমুনিনা মাগী নাট্য শাস্ত্রদা ইরম্বা থেংনৈ। মানা ইরম্মী :—

"ধৰ্ম্ম্যং যশস্যমায়ুষ্যং হিতং বুদ্ধিবিবৰ্দ্ধনম।
লোকোপ দেশ জননং নাট্যমেতদ্ ভবিষ্যতি॥"

— নাট্যশাস্ত্র

ভরত মুনিনা নাটক কাব্য ইবদা কান্নবগী পান্দম (উদেশ্য) অসি মথল তরুক থোক্না থাইদোকলম্মী মহুদি ধৰ্ম্ম, মিংচৎ, মতম, অফব, লৌশিং অমস্তুং পাউতাক।

মুনি অসিগী য়াথলগী মতুং ইন্না নাটক [কাব্য] ইবগী মরমদি ধৰ্ম্ম লৈনবা, মিংচৎ ফংনবা, অপাম্বা অমস্তুং মাগী মাগী মতম লেন্নবা অপাবা নন্তুগা অতাবা মীশিংনা মতম পুন্নমক্তা ফত্তবদগী অফবনা মাই পাকই হায়বসি তাক্লবা অপাবশিংগী লৌশিং হেনগৎনবা অমস্তুং মাগী অনিংবা অপাম্বা অমস্তুং মানা কৈ থনবত্ অপাবা অতাবশিংবু তৌ হায়না তাকপা ওইনা নাটক (কাব্য) ইবনি হায়না হায়রম্মী।

ভামহনস্থু মাগী কাব্যলংকারদা কাব্যগী কান্নবা হায়বা হিরম অসিদা মথল ৪ থায়দোক্লগা অস্থন্না ইরম্মী।

ধৰ্মার্থকামমোক্ষেষু বৈচক্ষণ্যং কলাসুচ।
করোতি কীর্তিং প্রীতিং চ সাধুকাব্যনিবন্ধনম্॥

—কাব্যালংকার

হায়বদি ভুপালকুগী অথোইবশিংনা পায়বা কলাদা মপুং-ফানা হৈশিংবা, লনকংনবা অমসুং মিংচৎ শপোকপা অমসুং মাগী সুংঙাইনবগীদমক কাব্য ইবনি। ভামহনা পিরিবা পান্দম অসি ভরত মুনিনা পিখিবা পান্দম অহংগা হাইফেৎ মান্নে। কাব্য ইবা মীনা মিংচৎ, লনথুম ফংহনা সুংঙ ইবগা লোয়নননা ধর্ম্মসু (চৎনবী) যোকথৎপা ঙম্মী। অহুগা অপাবা নত্রগা অভাবাশংসু কাব্য পারগা মপুংফাদবা লৌশিং মপুং ফাহন্দুনা সুংঙাইবা ঙম্মী।

দন্দীনা কাব্যবু লৌশিং শন্দোকফম অমসুং মিংচৎ হেনগৎ-হন্নবা ইবা অমসুং পাবনি হায়না হায়রম্মী।

রামননা কাব্যগী কান্নবা অসি শরুক অনিথোক্না থাইদোক্লম্মী—

'কাব্য সদ্ দৃষ্টাদৃষ্টার্থং প্রীতি কীর্ত্তি

হেতুত্বাত্।" হায়বদি মিংচৎ অমসুং সুংঙাইবা ফংনবা। মসি অইবা অমসুং অপাবা অনিমকী রানি।

আচার্য্য রুদ্রট, আনন্দবর্দ্ধন অমসুং অভিনবগুপ্ত থোযনসু কাব্যগী কান্নবগী মবমদা নৈনখি। অহুম ওইনমক মথোয়না থোই-দোকপা থেম্নবা অমা ওইনদি থম্নখিবা থেংনদে।

কুন্তকনা কাব্যগী কান্নববু শরুক অহুম থোক্না থাযদোকই—

"মুখ্য পুরুষার্থং সিদ্ধি লক্ষণং প্রয়োজনং

অন্যদপি লোক পাগ প্রবর্ত্তনম।"

মম্মটনা মথক্তা পিগ্রিবা মতশিং অসিদগী হেন্না ফজবা রাথল (মত) থম্না পিরি।

"কাব্যে যবসেত্থকৃতে ব্যবহারবিদে শিবেতরক্ষতয,
সধ্য: পর নির্হৃত্বয়ে কান্তাসাম্মতযোপদেশয়ুজে ।"

মসিগী অর্থদি কাব্য ইবা অসিনা কবিগী মিংচৎ অমদি লন ফংই, লৌশিং ফংহনা অরাবা কোকহনবা ঙম্মী। অপাবশিংগী কান্নবা পাউতাক ফংই। অইবা অমস্তুং অপাবা অনিমক্তা থোইদোক্লা সুংঙাইবা অমা কাব্যনা ফংহল্লি।

সংস্কৃত সাহিত্যগী মথং মথং (পরমপরা) চৎথরকপদা ইকোল কোনবা কবিরাজ বিশ্বনাথনা কাব্য ইবা হায়বসিনা অপাবদা অনৌবা লৌশিং হাপ্তুনা মপুংফাবা সুংঙাইবা ফংহল্লি হায়না হায়রম্মী।

"চত্তুর্বর্গফল" প্রাপ্তি সুখাদল্পধিয়ামপি।"

হিন্দী সাহিত্যদা কাব্যগী কান্নবা ঃ—

হিন্দী "সাহিত্যদা কাব্যগী কান্নবা" [illegible] হিরম অসিদা সংস্কৃত সাহিত্যদা নৈননশিবগুম থরা হোংদোব [illegible] ভোরগা নৈনখি। মহাবীর প্রসাদ দ্বিবেদীদগী হৌরগা ঙসি ফাওবগী সাহিত্য হৈনবা অমস্তুং নৈনবা কাওবুনা মাগী মাগী তোঙানবা মত পিনরি—কবিনা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা কাংলুপ শিংহনা (কাব্য ইহনা) লন তাল্লি।

আচার্য্য রামচন্দ্র শুক্লগী রাহৈদা "কাব্য" হায়বসি পুক্নিংদা করিগুম্বা থোইদোকপা সুংঙাইবা অমা পিনবা ই।

ডাঃ নগেন্দ্রগী মত ঃ— "आध्यात्मिक व्यक्ति ही वह मूल तत्व है जिसके कारण कोई व्यक्ति साहित्यकार और उसकी कृति साहित्य बन पाती है ”

হায়বদি থম্মোইমুংগী থোঞ্জেলনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা থরনা ইনশিল্লকু না ইথোকপা অদু সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকারনি।

হিন্দী সাহিত্যগী অথং অহৈ অমসুং শৈশকপশিংনা কাব্য (সাহিত্য) বু ধর্ম্ম, লন (अर्थ), কাম, মিংচৎ (यश), অরানখুভম (मोक्ष) অসিনচিংবা ফংবা হায়বসিমু মুংঙাইবা ফংবনি হায়না খল্লৈ। মরম অসিনা মীওইবগী পুন্সিবু মুংঙাইহন্নবা থোরাং তৌবা অমসুং মহুবু পাদুনা নঙ্গগা ভাদুনা মুংঙাইবা ফংবা অসিনা কাব্যগী কান্নবনি।

## অংগ্রেজী সাহিত্যদা কাব্যগী কান্নবা ঃ—

নোংচুপগী সাহিত্যদা কাব্যগী কান্নবা হায়বদি কাব্যনা ঐথোয়দা করি কান্নবা পি হায়বগী মতাং শরুক মরি থোক্না খায়দোকপা য়াই।

(১) মীওইববু য়াইফনবা থন্দুনা কাব্য ইবনি হায়বা অমা।

(২) মীওইবগী মুংঙাইনবগী কাব্য ইবনি হায়বা।

(৩) রাজনীতি অমসুং ধর্ম্ম শম্লোক্নবা ইবা কাব্য।

(৪) কাব্য কাব্যগীদমক হায়বা কাঙলুপ অমা।

১। মীওইবগী য়াইফনবা থন্দুনা কাব্য ইবনি হায়খিবা বিজ্ঞাননিকশিংগী মহুংদা প্লেতো, রস্কিন অমসুং তোলস্তোয়নি।

( তোলস্তোয়না কাব্য কালা ) হায়বসি মীওইবগী মুংঙাইনবা ঙাক্না খন্দুনা ইবা নত্রে। মাসিদা মীওইবগী ভুংগী পুন্সিদা অমত্তা ওইনা চাওখৎমিন্নবগী মরমসু ই হায়না হায়রম্মী। রস্কিননা কাব্যদি মীওইবগী য়াইক খোরাংগী শরুক অমনি হায়না হায়খি। কাঙলুপ অসিগী অহানবা নিপাদি প্লেতোনি। মানা কাব্যদি ঐখোয়গী আত্মাগী মমাংদা অশেংবা মুংঙাইবা পিবনি হায়না ফোংদোক্লম্মী।

অসুম্না মখোয় মখোয়গী রাখলদা কাব্যদি সমাজ অমসুং পুন্সিগী অশেংবা শক্তম তাক্নুনা ভুংগী য়াইফনবা খোরাং লাংবা ওইগদবনি হায়না খন্নখি। মখোয়না মীওইবগী য়াইফনবগী খোরাং য়াওদবা কাব্য (কলা) ইবা কাঙবু বিসোভ অমসুং হোমরনচিংববু মীয়ামগী মরক্তগী তাদ্বোরবা হোংখি।

২। মীওইবগী মুংঙাইনবগী কাব্য ইবনি হায়বা মত অসিদা শিলর অমসুং শেলীনা অখোইবনি। শিলরনা কাব্যগী পান্দমদি মুংঙাইনবনি হায়না মত পীরম্মী। মহাক্না কাব্যদা মীওইবগী মুংঙাইনবগী রা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমগী কান্নবা লৈতে হায়রম্মী। মাগী মথংদা শেলীনা কাব্যদা মীওইবগী অচুম্ববু ফোংদোক্নুনা মুংঙাইবা ফংহনবা অদু কাব্যনি হায়রম্মী। মরম অসিনা মখোয়না মুংঙাইবা ফোংদোক্নুনা ইবহু কাব্যনি হায়না থাজনৈ।

৩। নীতি অমসুং ধর্ম্ম শন্দোরবা ইবা কাব্য—হিরম অসিদা অরিস্তোতল, ড্রাইডন অমসুং মেথুৎ আর্নল্ডনা মপংনি। মখোয়না

কবিতাদা তুংগী য়াইফনবা অমদি সুংঙাইনবা ওাক্না খন্দুনা কাব্য ইবা নত্তে, অইবশিংগী রাখল অমসুং ধর্ম্মগীসু য়েংদুনা কাব্য ইবনি হায়বা মত কোংদোক্লম্মী। অরিস্তে তলগী মত মতুংইন্না "কলা ( কাব্য ) গী মরু ওইবা পান্দমদ সুংঙাইবনি তৌইগুম্বসুং মতুদা নীতি অমসুং ধর্ম্মসু য়াওগদবনি।" মথংদা ড্রাইডনগী "করি গুম্বা কাব্যগী অবোইবা পান্দম্মক নত্রবসু য়াম্না মরু ওইবদি অমনি।" মেথুৎ আর্নগুগী রাখল অমুক য়েংসি "কাব্যগী পান্দমদি সংসারসিগী পোৎ থুদিংমক অচুম্বনা য়েক্লুনা কোংদোকপা অঙনি।"

৪। কাব্য কাব্যগীদমক মসিগী কাঙলুপ অসিগী লুচিংবশিংদি পেটর, অস্কর কাইলাভ অমসুং দিলালগাননি। মথোয়শিংনা তোঙাল তোঙালবা মত পিরম্মী। স্পিনগানিনা সাহিত্যদা অচুম্বা অমসুং অশেংবা থিগে হোৎনরবদি অপুংবা উৎপনি" হায়খি।

## মৈতৈ সাহিত্যদা কাব্যগী কান্নবা ঃ—

মৈতৈ সাহিত্যদা কাব্যগী কান্নবা হায়বসিগী মরমদা থ নৈনদ্রি। ঐখোয়গী অইবা ( রারেং শৈরেং ইবা ) শিংনা কবিতা করিগী ইরিবনো? মসিগী মরমদা ঐগী রাখনদি মখোয়না মিংচৎ ফংননবা ইনবনি। ঐখোয়গী লৈথিত্রবা অমদি হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অইবশিংনা কবিতা ইরিবসি মিংচৎতগী হেন্না ফংদে। মখোয়না অইবহু অশেংবা মী (Publisher) গী মনাক্তা চত্তুনা মাগী অইবহু থর কোংবিনবা অমসুং পৈশা থর পিখিনবা হায়রুবা

মতমদা কনানসু য়াবিদে, লাইরিক নম্বদা ঐখোয়সু শেল ত্তিংই অহুনা ফোংউ হায়রগা লেম্না ফোংগে হায়। মরমসিনা লাইরবা অইবশিংদি মখোয়দা শিন্নরম্বা নত্তুনা অতৈ উপায় লৈতে, করিগুম্বা শেল পু থোংতুনা ফোংলগসু মহুগী মমল য়াম্না থম্বা য়াদে। মমল অতাংবা লাইরিক কনানসু লৈরগা পানিংদে। মরমসিনা মণিপুরদদি কাব্য (কবিতা) ইবসি মিংচৎ ফংননবনি, শেল ফংননবা নত্তে।

কবিগী পুক্নিংগী করিগুম্বা থৌইনশিল অমনা ইনশিন্দুনা তুমিন্না ফমতুনা লৈথোকপা ঙমদবদগী য়ানা অহিং হুংথিল তুম্বা, চাবা-থকপা মফম মরাং থংদনা ফমুংদা, লৈমায়দা. চৌকিদা মফম হোং-হোংহুনা ওন্ন-থোইনা থাংলগা ইরিবা কবিতা অহু ফোংহল-লগা পাবদা হুংঙাইজবা অহুনা কান্নবনি। নোংজুথাগী ঈচেল পুঙমজ্রবা তুরেলগী ঈথায় পিবগুম. থিঙমজ্রবা পুক্নিংগী ঈহৌ অহু থরা ইস্মোক্লগা পোথাজবনা মৈতৈ কবিশিংগী হুংঙাইজবনি। হুংঙাইবা অসিনা কান্নবনি থন্দুনা চোকথবা লৈতনা কবিতা মচা মচা কয়া ইনরি।

# "উপন্যাস"

হোংবা লৈতনা ওনগনবা মীওইবগী ৱাথক্নি। মকয়া হোংলকপগা লোয়ননা মতম্না ওল্লকপদা লেপ্লা লৈতনা ওনখিবা মীওইবগী ৱাথন্না অমগী মথংদা অমা পাম্বা অমসুং তঙাইকরক্তবা হায়বসি হোনশানি। মীওইবনা খুন্দাঙৈদগী ঙসিফাওবদ অপাম্বা অনিংবা অমসুং তঙাইফদবা পোৎ খুদিংমক থেৎনরক্লি। মতমগী মতুংইন্না গীত, পদ্য অমসুং কাব্য পায়রম্লদগী হৌজিক্লু গদ্য অমসুং মাগী মথলতমক পায়রে। মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা হৌজিক ঐখোয় খুদিংমক ৱাখল হেন্না থন্নরে। মতমদি অকক্লবা অতুগা থবক অমসুং ৱাখল থনবদি হেনগৎলকপনা থবক থৌদোক খুদিংমক তেনশিনবা অমসুং খুৎলোয়বা পায়রে। অমরোমদা ঐখোয়না তারু-উরুবা অমসুং থংউবগী মতুংইন্না মতৌ তম্লিংবা অমসুং তঙাইফদবা হেনগৎলকই, মরম অসিনা ঐখোয়গী ৱাথন্না নোংমা নোংমগী মওন মওন থনবদা থবক চিনবা হেনগৎলক্কনা থনগদবা হিরম খুদিংদক পুন্সিগা মরি লৈনবা অমসুং কায়গদবা ঙাক্তা ওইহল্লিংই অমসুং থননিংই।

য়েলহৌঙৈদদি সাহিত্য লৈকোন্দা উপন্যাস লৈরাং শাংলমক্লি অহুবু ঐখোয় মীওইবগী অপাম্বা, অনিংবা, য়েংনিংবা অমসুং উনিংবা, পানিংবা, য়েকনিংবা শক্তম, অমা ময়েক শেংনা সাহিত্যগী মতেংনা ওম্নবা হোৎনরকপদা উপন্যাস লৈরাং লৈশাং তমলকখি। হায়বদি মীওইবা সামাজগা থাইদগী নক্লবা অমসুং

ময়েক শেংবা শক্তম অমা উপন্যাসতা উৎপা ঙম্বমুক সাহিত্যগী অতৈ শরুকশিংদা ঙমদে

মরম অসিনা ঙসি সাহিত্য সংসারদা উপন্যাসনা খ্বাইদগী হেন্না ইনরে অমসুং পারে। লইরক যোনফমশিং অমসুং লাইব্রেরীদা অতৈ অতৈ লাইরিক ফংদবা য়াই তৌইগুম্বসুং উপন্যাস অমদি শোযদনা ফংগনি। মরম অসিনা ঙসি সাহিত্য সমাজদা উপন্যাসনা খ্বাইদগী হেন্না রাংবা থাক্তা লৈরে হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকলোই।

সাহিত্যগী লৈংকোন্দা উপন্যাসনা খ্বাইদগী হেন্না চাওরৈকনবা অমসুং মনম সুংশিবা লৈপাল অমা লৈরবসু কনাগুম্বা খরনদি ফজবা লৈপাল নত্তে হায়না মত্ত কোংদোক্লি। "The aim of the novel is to instruct. In that case, it cannot be regarded as a work of art because the main propose of art is to please." অদুবু মসি লোয়নমক চুম্বদি নত্তে অফবা উপন্যাসত দ গীত, কাব্য অমসুং পদ্যদগী হেন্না নুংঙাইবা মতাং য়াওই করিগুম্বা উপন্যাস খরদা পাউতাক অমসুং কান্নদবা রানা মপুং ওহরবসু কান্নব খরদি শোয়দনা ফংই। অফবা নত্রগা ফত্তবা ওইরবসু মতুগী অশেংবা শক্তম অমা উপন্যাসতা য়েকপা ঙম্বমুক অতৈদা ঙমদে। মসিমক্না উপন্যাসগী অথোইবা মগুণ অমনি।

উপন্যাসকার অমনা মানা ইগদোরিবা হিরম অদুগী মতুংইন্না উপন্যাসকী মখল খাইদোকনৈ। মাগী মগুণ অমসুং থৌনগী

মতুংইম্না উপন্যাসকী মশকস্ত ফজ্জে উপন্যাসকারশিংনা ইনিংবা হিরম অমা হেক্তা ইবা য়াই, অদুবু মানা ইরিবস মীনা পানিংগদ্রা পানিংলোইদ্রা থনগদবনি। মখোয়না হিরমশিংগী মবমদ ফোংদোক্লবা রাইবা রাতা অমনি শিজিন্নরিবা ব'রেং পথ প্রচিৎ মুখ্যা শনগদবনি ইরিবা হিরম থুদিংমক মমুং তানা থংলবা অম'দা মা মশামক্না থেংনরবা নত্রগা ওইহন্নিংবা ওইগদবনি। মতুংদদ অপাবশিংনা পাবদা সু'ঙাইবা অমসুং কান্নবা ফংগনি। উপন্যাসকী থোদোক থুদিংমক মীওইবা সমাজ অমসুং পুন্সিগা নকুব ওইবগ উপন্যাস অচু ফজবা হেল্লি। করিগুম্বা মাসদগী থরা শাপংোকখ্রবদি ফজবা উপন্যাস অমা ওইবা ঙমদে। ক্লোরি অশুম্ন হায়বম্মী—
"Picture of seal life and manners, and of times in written" অশেংবনি উপন্যাসকারহুনা লোইখৎলিবা হিরমশুনা মতমশুগী চৎনবী অমদি মওং মতৌ অমা থেংনা থাজনা ফোংদোক-কদবনি। মতু ঙমদ্রবদি অপাবশিংনা মাগী উপন্যাস শজু পানিং লোই। শম্না হায়রবদা উপন্যাসকারহুনা ইগদোকিবা হিরম থুদিংমক মা মশামক্না থেংনখ্রবা থোকখ্রবা নত্রগা মিৎমক্না উরুরবা, তাকুরবা থোদোক অমা ওইনা ইগদবনি। উপন্যাস অচুদা যাওরিবা পাত্রশুনা কপ্পা অমদি নোকপদা মতাকস্তু য়াওগদবনি মরম অসিনা উপন্যাসকার অমা ওইহনগ হায়রবাদ ময়ামদগী থরা হেনবা মী অমা ওইগদবনি।

উপন্যাস সাহিত্য নাচোমগী লৈচন অমনি মসি গত্তদদা ইনৈ। মাগী হিরম থুদিংমক মীওইবা পুন্সিগা মরি লৈনৈ অমসুং পুন্সিগী

মরমদা ই। পুন্সগী তেংঙান তেংঙানবা থৌদোকশিং অমসুং রাখলগী মমি উপন্যসতা অইবা অমসুং অপাবা অনিমক্কী ওইনা উনা ফংই। মুংঙ ইবা অমসুং কান্নবনা মপুংফাদবা মীওইবগী পুন্সিবু মপুং ফাহল্লি উপন্যাসকী মরমদা তেংঙান তোংঙ নবা অথুং-অহৈংশিংনা তেংঙান-তোমানবা মত পিরম্মী—উপন্যসপু "A comic epic in Prose" Feild ng হায়রে। —"The novel is a ficitions narrrat ve which contain a plote" হায়খি। মথংদা হে: এম: ফোষ্টরনস্পু অস্তুম হায়রম্মী— 'The interpretation of human life by means of ficitions." New English Dictionary দা উপন্যাসকী অর্থ অস্তুম্না হল্লি - A fictions prose tale or narrative of considerable length, in which characters and actions professing to represent those of real life are portrayer in a plote

হিন্দী সাহিত্যদা থোইদোক্লা অথম্নরবা মীওই থরম্ অস্তুম্না হৈরম্মী — उपन्य मनुष्यके वास्तविक जीवन की काल्पनिक कथा है। डा• श्यामसुन्दरदास উপন্যসবারশিংদগী অথোইবা প্রেমচন্দ্রনা অস্তুম্ন হৈরম্মী—"मैं उपन्यास को मानव चरित्र का चित्रमात्र समझता हूँ। मानव चरित्र पर प्रकाश डालना और उसके रहस्यों को खोलना ही उपन्यास का मुल तत्त्व है।"

নোংপোক নোংচুপকী সাহিত্য পুম্না নৈনক্রুরবা মতুংদা ডা• ভগীরথ মিশ্রনা মাগী মত ফোংদোকখি— "उपन्यास युगकी

**গতিশীল পক্ষভুমি পর সহজ শৈলীমেঁ ভারতীয়িক জীবন কী সম্পূর্ণ ব্যাপক ঝাঁকী প্রস্তুত করনে বালা বাক্য কাব্য হৈ।”**

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা খ্বাইদগী হেন্না চাওনা, মরিক চুম্না শাংবা লৈবাং হাবা'দি উপন্যাসতনি। মৈতৈ মচাশিংনা রাবেং থরদ'বু লেংশিনবা হৈবদি অমসুং লেংশাম্নংবগী বাথল লাত্রবাদ উপন্যাস অমা শৌবগনি হায়না কলম হেক্না পাইথৎলি। কলম পাইখৎত্রিঙৈগী মমাংদা উপন্যাস কবিনা কদাইদগী হৌরকপনো হায়বগ ফিভিন্দে। মবমসিনা মখোয়গী উপন্যাসশিংদা পান্দমকম যৌবা ঙমদনা মাংখিবা অমদি উপন্যাস অমা ওইনা পাবদা লুংঙাইত্রবা যাওই। অতোগা এগী ইথক থোংলনা অমসুং থিবম অসে মদা হান্না খেংদাবিত্রবা লৈবাক্কী কথৎ অহৈ শংনা (অলোচক) দি মংণপুবা উপন্যাস কয়াগী মবমদা লৈনবা থেংনজবে মখোয়না উপন্যাসকী লৈবং লৈন, থুদং ফাংকোন্দ্রনা কবিগুম্বা থরদি থি, অমসুং যেংনবা তাংৎনৈ অতোবু উপন্যাসপু লুংশিনা, লুংঙাইনা পাম্না পারিবা অমসুং মতু ওইনা লোৎরা ছত্র সমাজদ উপন্যাসকী অশেংবা মশকতি তাকপিদে। মসি ত্রেনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা উপন্যাসকী হেরকফম করম্না উপন্যাস হায়বা বাকৈসিনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দ শিঙিন্নখিবা হায়বসিগী মরমদ খাংজনিংঙনা মৈতৈগী লাইবিক যোনফম থুদিং চত্তুন থিবদা উপন্যাসকী মরমদা হৈবা থুদিংমক ফাক্তোক্তুনা পাজরুবদা অমদি অথং অহৈনি হায়না লৈবিবশিংগী মনাক্তা চৎতুনা হংজরুবদা কবিগুম্বা কাম্নবা থরদি ফংই হায়ববু উপন্যাসকী মশক অচুম্বা অতু

কংলক্তবদগী হায়খিবনি। অপাবশিংনা ঐগী তেংথাখোল অসিদা নোকপিগনু অমসুং থম্মোয়নুংগী অশেংবা হায়দোক্কুনা কপচবনি খনবিরগা ভাকপিয়ু। ঐগী রারেংসি অরেম্বদা ময়ামগী মতম মাংহন-দোরে অহুনা হৌজিক অমুক উপন্যাসকী মরমদা ঐগী মত পিজরগে— 'পুন্সিগী থৌদোকশিংবু রাহৈ রারেংদা ইথোক্লবা অমসুং মহু পাক্লবনা ঐগী ওইনা খল্লবা অহু উপন্যাসনি।"

মতাংসিদা ময়ামগী মতশু য়াম্না 'হাপচনিংবনি, অহুবু লাইঁবক থিবনা কংজত্রে। হেক কংজবগা মথংগী খুৎনমদা' হাপচগনি। ময়ামগী মকমদা উপন্যাসকী পান্দম পিজত্রে, হৌজিক অমুক উপন্যাসকী হৌরকফম অমসুং মৈতৈ সাহিত্যদা চংলকপগী মতাংদা নৈনরসি।

## সংস্কৃত সাহিত্যদা উপন্যাসকী হৌরকপা ঃ—

সংস্কৃত সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা রাহৈসি ১১ শুবা শতাব্দীদগী হৌনা শিজিন্নরকখি। উপন্যাস হায়রগা মতমহুদা নাটক্কী শরুক অমা ওইনা লৌনরম্মী দন্দীগী দশকুমারচিত-তা উপন্যাস হায়বা রাহৈসি শিজিন্নরম্মী. মসিগী মতু দন্দীদি তোঙানবা বিষয় অমা ওইনা খংনরকখি। "উপন্যাস প্রসাদনম" (উপন্যাস প্রসাদনম ; সা. দর্পণ ) হায়বদি হরাও হুংঙাইববু উপন্যাস কৌই। ভরত মুনিনা মাগী নাট্যশাস্ত্রদা উপন্যাসপু অঙ্কগী মথল অমা ওইনা লৌরম্মী।

## উপন্যাসকী অর্থ ঃ—

উপ—মনাক, ন্যাস—থম্বা, উপন্যাস—মনাক্তা থম্বা, হায়বদি করিগুম্বা পোৎ অমা পাক্রগা, তাক্রগা উক্রগা মনাক্তা থম্নিংবা হায়বনি। নাক্তা থম্নিংবা খংনিংবা হায়বসিদগী উপন্যাস থৌদোক-শিংছু ঐগী পুক্নিদা বেহ থোকপগুম খনবা অমদি পাত্রছুনা ভাংলিবা য়াম্ ঐনা হায়বনি হায়না খনবা অছুবু উপন্যাস কৌনরকপা ওইরমগনি। অছুদগী মথং মথং অসিগুম্বা মথলবু উপন্যাস হায়না সাহিত্যগী তোঙানবা হিরম অমা ওইনা খংনরকখিবসি মরমসিনা উপন্যাসকী থৌদোক খুদিংমক উপন্যাসকারছুগা অমসুং অপাব-শিংগা নক্নবা মরি থম্বা অমসুং মশাদা থোকখিবা থৌদোক্তুম ওইগদবনি।

## অংগ্রেজীদা উপন্যাসকী হৌরকফম ঃ—

অংগ্রেজীদা উপন্যাসপু নোভেল (Novel) হায়না কৌনৈ। নোভেল হায়বদি অনৌবা (New) হায়বনি। নোভেলসি লাটিনদা নোভেলস (Novellus) অমসুং ইটালীদা নোভেলা (Novella) দগী ইংলিসতা নোভেল কৌরকপনি। ইংলণ্ডদা সামুল রিচার্সনগী পামেলা (Pamela) ইং ১৭৪০ দা থোংখি। মসিনা ইংলিসকী ইহান হানবা নোভেলনি। অছুমকপু অংগ্রেজীগী নোভেলগী চাও-খংলকপদি ইং ১৮১৫ অসিরাইদগী লৌনৈ। মসিগী মতুংদগীদি অকাওবা নোভেলিষ্ট কয়া কয়া থোরক্লুনা কয় কয়বা নোভেল কয়া ইখি। মছুগী লৈনয়া পৃথিবী শিনথুংনা শন্দোকখি।

## মৈতৈ সাহিত্যদা উপন্যাসকী হৌরককম ঃ—

মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা রাবৈহেদি অমত্তা ওইবা মত্তা শিজিন্নরি। অশেংবা রাবৈহেসি মৈতৈলোন নত্তে সংস্কৃত রাবৈহেনি। মণিপুরস্থ ভারতকী শরুক অমনি। অদুনা ভারত পুম্বগী জন ওইরিবা সংস্কৃত রাবৈহে থন্না মৈতৈলোন্দা শিজিন্নবদা থোইনা ফুংঙাইতকম লৈতে অদুবু মহুৎশিনবা রাবৈহে অমা অতৈ অথং অহৈশিংনা পুথোকলক্লবদি ঐখোয়গী হরাওনা য়াগনি। পুথোকত্ত্রি-ক্লাওবদি উপন্যাস অশুম কৌনথিগনি।

ভারতকী মফম কয়াদা ওন্তানা শাংগ্রবস্থ মণিপুরদদি উপন্যাস লৈরাং য়াম্না থেংনা মমি তাখি। তপ্না শাংকাইরক্লুনা ওসিদি পোমশাংনরে। পোমশাংনবা মরক্তা শাংকাইবস্থ য়াওরে। কজবা লৈরাং ওইবনা লৈপাম্বা থোইমু থুদিংমক কন্তাওনরি। ওসি ঐখোয়না উপন্যাস হায়না শিজিন্নরিবা রাবৈহেসি নোংচুপকী ময়োন্দা সংস্কৃত সাহিত্যগী উপন্যাস কুয়োম্না য়োম্লগা বেঙ্গলী সাহিত্য কাওনা কাওরক্লুনা ইং ১৮৯২ অদুরাইদা মৈতৈ লৈবাক্তা হিজম অঙাহল, চাউবা অমম্বুং ডাঃ কমলনা বেঙ্গলী সাহিত্যদগী মরু পুরক্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা থাদুনা রাথলগী লাইজ থিক্লুনা উপন্যাসকী ফুংশিবা লৈনম শন্দোকহনথিবনি। মথোয়গী মথংদগীদি মফম মরাং থংদবা মনম মহা চেন্দবা উপন্যাসকী লৈপাল কয়া থানরে।

মৈতৈ লৈবাক্তা উপন্যাসনা শাংকাইরকপা অসি শতাব্দী অমা কাত্রি। তেল্লবা মতমসিগী মনুংদা উপন্যাস ১০০ রোমদগী তাদনা লৈরে অদুবু শিঙথাবা য়াবা উপন্যাসতি য়ামত্রি।

ঐখোয়গী উপন্যাস কান্নশিংনা হৌজিক লৈরিবা অসিদগী েহেন্না কবা মখলগী উপন্যাস ইবিরকনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোল মপুং ফাহনবিগনি খল্লি।

উপন্যাসকী মওং মতৌ অমসুং ইরিবা হিরমদুগী মতুং ইন্না মখল কয়া থোক্লা খাইদোকপা য়াই মদুদি :—

১। ইগদোরিবা হিরমদুগী মতুংইন্না :—

(অ) মীয়ামগী ওইবা ( সমাজিক—Social )

(অ) ইতিহাসকী ওইবা ( ইতিহাসিক—Historical )

(ই) রাজনীতিগী ওইবা ( রাজনৈতিক—Political )

(ঈ) শেল-থুমগী ওইবা ( আর্থিক—Economical )

(উ) ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী ওইবা (ধার্মিক—Coustume)

(উ খোইদোক্লা মপুং ওইবা (ঘটনা প্রধান)

(ঋ) লমচৎনা মপুং ওইবা (চরিত্র প্রধান )

(৯] লমথৈগী ওইবা (আঁচলিক—Regional novel)

অঃ— মীয়ামগী ওইবা :— মীয়ামগী ওইবা উপন্যাস ( সমাজিক—Social ) হন্দি ইরিবা মীহুনা য়াখল অদু খাইদোকপা মী নত্রগা পোৎ অমদা থমদে। মতম পুন্নমক্তা মীয়ামগী ফনবা অমসুং অরাংপা অত্র করিনো খন্দুনা লৈ উপন্যাস অদুগী মহুংদা থোক্লিবা থবক থোদোক পুন্নমক মীয়ামগা মরি লৈনৈ। হৌজবা, হৌজিক অমসুং হোরেল হয়েংগী য়া পুন্নমক মীয়ামগী

ওইবা উপন্যাসকী থৌদোক্নি। মসিদা সমাজ শরুক ওইরিবা মুপা-মুগী অমসুং মাগা মরি লৈনবা চৎনবীগী থৌদোকশিংনা পি কথয়রা ১ল

(আ) ইতিহাসকী ওইবা উপন্যাস ( ইতিহাসিক Historical) হায়রিবা উপন্যাস অসিদা হৌরবা থৌদোক, মমাংগী নিংথৌশিংগী নত্রগা লৈবাক্কী ওইবা রারী অদু লোয়রগা ইনৈ। কনা কনাগুম্বা উপন্যাস ইবশিংনা মমাংলৈগী রারীদগী থরা অদুগা শাজিনবা রাখল ( কল্পনানিক ) গী শরুকা পুশিল্লগা ইনবমু য়াওই অদুবু অয়াম্বনা হৌখিবা তারিক, মফম মতম চুম্না ইবনা ইতিহাসিক উপন্যাস অমগী অথোইবা গুণনি।

(ই) রাজনীতিগী ওইবা উপন্যাস ঃ—মসিদদি য়াওরিবা পাত্রশিং অমসুং থোক্লিবা থৌদোকশিংদু রাজনীতিগী ওইগনি। মতমদুগী সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক অদু কোকনবা হোৎনবা অমদি অরিববু পামদবনা অনৌবা পুররবা হোৎনবন উপন্যাস অসিগী পান্দম্নি। মসিদা মতমগী ওইবা নত্রগা হৌরবা মতমগী রাজনীতিগী শরুম অমা য়েরবা হোৎনৈ। মরমসিনা ঐথোয়না মসিদা রাজনীতিগী মশক থংবা উম্মী। উপন্যাস অমগী মমুংদা রাজনীতিগী ভাকা অকুম কয়াসু উবা ফংই।

(ঈ) শেল থুমগী ওইবা উপন্যাস ঃ—উপন্যাস অসিদদি লৈবাক্কী নত্রগা ইমুং মমুংগী শেন থুমগী কিভম অমসুং লাই-অনং অদুনা মপুং ওইনা ই। চাদ শেন্তনা হিংবা য়াদবা মীওইবগী পুক্সিনি মসিগীদমক মীওইবনা অকনবা লালকম অমা থেংনরি।

থেংনরিবা লালকম অসিগী মরমদা ইবা অদু শেল থুমগী মরম্বা মরু ওইনা ইবা উপন্যাস তায়না কৌনৈ

(উ) ধর্ম্ম অমসুং চৎনবাগী মরমদা ইবা উপন্যাসঃ– জাতি খুদিংমক্কী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্প ধর্ম্ম অমসু চৎনবী লৈ। উপন্যাসতা য়াওরিবা পাত্র পুম্নমক্কীসু মাগী মাগী কাঙলুপকী ওইবা ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী লৈ। ধর্ম্ম অমসুং চৎনবানা মপুং ওইবা উপন্যাস অদুবু ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী মরমদা ইবা উপন্যাস কৌই।

(ঊ) থৌদোক্কা মপুং ওইবা (ঘতনা প্রধাণ)ঃ– মখল অসিগী উপন্যাসতা থোইদোক্কা মপুং ওই উপন্যাসকী অহৌবদগী অরোয়বা ফাওবা থৌদোক অমগী মথংদা অমা থোক্লনা লৈ। অমুম্না থৌদোক পরিং কয়ামুক মথং মনাও লেংচনা লেবা মরম্না লমচৎ শাজৎ অমসুং মফম মতমগী শরুক মচেৎ ওইনা লৈহোই; মসিগী মমুংদা থংন চৈনশা (Detective) অমসুং হাৎন-শুনবগী (Murder) থোইদোক্কা মপুং ওই

(ঋ) লমচৎনা মপুং ওইবা ঃ–লমচৎনা মপুং ওইবা উপন্যাস (চরিত্র প্রধাণ উপন্যাস) তনা থৌদোক্কচিংবা শরুক-শিংনা অমুক মচেৎ ওইনা লৈহোরগা মখুদা য়াওরিবা মীশিংদুগী লমচৎনা মপুং ওইনা উই উপন্যাস অদুদা য়াওরিবা মীশিংদুগী মমুংদা মরু ওইবা মী খরগী অফব-ফত্তবা লমচৎ শাজৎ অদু ময়েক্ক শেংনা উৎপনা উপন্যাস অসিগী পাদম। অসিগুম্বা উপন্যাসশিংদা য়াওরিবা মরু ওইবা মীশিংদুগী লমচৎ অদু অপাবনা মতৌ তম্লিংবা

নত্রগা য়েংনিংদনা তুক্কচবা অদু ময়েক শেংনা তরু তরুনা থম্নবা হোংবৈ। পাত্রশিংগী অক-ফত্তনা মপুং ওইনা শেম্বা উপন্যাস অদুবু লমচংনা মপুং ওইব উপন্যাস হায়না খঙৈ

(৯) ভমখৈগী ওইবা উপন্যাস ঃ– ভমখৈগী ওইবা উপন্যাস ( আঁচলিক উপন্যাস— Regional novel ) অসি। থোইদোকপা ভমখৈ অমগী মরমদা ওনৈ লমদম অদুগী চৎনবী, ধর্ম্ম অমসুং ফিজেৎ চাকচা খাঙনা ইবা উপন্যাস অদু আঁচলিক উপন্যাসনি

২। ইরিবা থুংইগী মতুংইন্না :–

(i) ইশানা হায়বগী মওং ( আত্মাকথা শৈলী – Autobiographical style)

(ii) পাউ ওইনা হায়বগী মওং (কথা শৈলী – Objective style )

(iii) ডাইরি ইবগী মওং ( ডাইরি শৈলী—Diary style)

(iv) অমসুং চিঠি ইবগী মওং (পত্র শৈলী—Letter style)

৩। উপন্যাস ইবদা মরু ওইনা মচাক (তত্ত্ব— Element of novel) ৬ (তরুক) চংই ঃ–

(১) য়াবীনা মপুং ওইবা (কথাবস্তু—Plot)

(২) মী (পাত্র—Character)

(৩) য়ারী য়াতাই (সংবাদ—Dialogue)

(৪) মকম-মতম ( বাতাবরণ—Environment )

(৫) কেবা ( শৈলী– Style )

(৬) পান্দম ( উদেশ্য Aim and object)

(১) রারী মপুং শেম্বা ঃ—রারীনা মপুং ওইবা উপন্যাস (কথাবস্তু Plot) হায়বসি মরু ওইবা রাখল, মিৎয়েং অমসুং শেম্লিবা থৌরম পবেং মযাম অসি মও' চান', মথং মনাও নাইনা শেম-শাবা অদুবু রারী মপু' শেম্বা ( কথাবস্তু—Plot ) কৌই। পুন্সি অমসুং সমাজগী মরমদা উপন্যাসকার অদুনা থংবা থংদবা অমগা অমগা মরি লৈনহন্দুনা রারী অমা শেম্মী। অয়াম্বা উপন্যাসতা রারী অমদগী হেন্দুনা মতেক-মতেকী ওইবা কয়াসু লাকই। অদুবু মযামদুগী মনুংদা রারী অমদি মপুং ওইনা অহৌব-দগীনা লোইবা ফাওব চৎলি অদুগা অতোপ্পা অতৈনা মরক মরক্তা লাকই। উপন্যাসকার অদুনা মানা ইনংবা হিরম অদু অহৌবা, ময়ায় অমসুং অরোইবা থাইনা চাংমাম্ননা মফম চানা রারী অমসুং থোদোকশিংদু থম্মী।

(২) মী ঃ— উপন্যাসকার অমনা উপন্যাস অমা ইনবগী রাখল শাগৎলকপগা লোয়ননা মীগী শকুম অমা শাগৎপা হোই। উপন্যাস অদুদা মীনা মরু ওইনা শরুক য়াই। মীদুগী হৈনবী, অপাম্ব', লমচৎ শাজৎ অমসুং মানা লৈরুরিবা মফম-মতম অদুনা উপন্যাসকী মপুং ফাহল্লি। উপন্যাসতা য়াওরিবা মী অদুগী রাখল মথল, মিৎয়েং ময়েং অদুনা উপন্যাস অদুগী মথল থাইদোকপা য়াই। অইবনা অপাম্বা অদুমক উপন্যাসতা য়াওরিবা মী অদুনা মপুং কানা পাংথোক্লবা হোংনৈ। অমরোমদা উপন্যাসতা য়াওরিবা

মী খুদিংমক গ্রথোয়গী ইমু', লৈকাই অমসুং সমাজগী মহৎ শিন্দুনা থবক তৌই। কবি করিগুম্বদা মীগী মচুত্তা তিল কাঙ নত্রগা ভূং প্রেত্তনা মপুং ওইবা উপন্যাসসু থেংনৈ।

## উপন্যাস অমদা মী মখল অহুম থোক্ল। খাইদোকই :-

(i) মীচম (সাধারণ – Ordinary)

(ii) মীহুৎ ( প্রতিনিধি— Representative )

(iii) থোইদোকপা মী (বিশেষ –Special )

উপন্যাসকার অহনা মানা পাম্বা মওংদা হায়রিবা মীওই অহমসিগী মনুংদা মানা মানা তৌরুবগী মহয অহু ফংহন্দুনা উপন্যাস অহ লোইশিল্লি অমসুং উপন্যাসকী মখল খাইদোকই।

(৩) রারী রাতাই :– রারী রাতাই (সংবাদ Dialogue) উপন্যাস অহুদা য়াওরিবা মীশিং অহুনা ঙাংনবহুনি। মথোয়গী রারীনা উপন্যাসকী মথংগী থৌদোক অমসুং রারীগী থোঙচৎ হেনগৎহল্লি। রারী রাতাই ফজবন উপন্যাসকী মগুণ হেনগৎলি। অপাবশিংনসু পানিংবা হেল্লি। মথোয়গী রারীদা মশাগী মরমদা ( self expression ) ওইনা নত্রগা মীগী মরমদা ঙাংনবা য়াই। মথোয়না শান্নগদোরিবা রারীহু মকম মতম চানা শেমগদবা রারী শান্নবদা মীশিংহুনা মানা মানা ওইরিবা ফিভম অমসুং লৈরিবা মকম অহুগা চানহনবনা উপন্যাস অহু ফজবা হেনগৎহল্লি।

(৪) মফম মতম :—উপন্যাস অমগী য়ারী, থৌদোক্তুগা অমশুং করিগুম্বা অথণবা মফম মতম অমদা শোয়দনা উনৈ। মরম অসিনা থোক্লিবা অদুগা চান্নবা মফম-মতম (দেশকাল - Environment) ওঙাইফদে। চান্নবা মফম মতমদা থোকপা থৌদোক্তুনা উপন্যাসকী ফজবা লেলহল্লি। উপন্যাসকার অদুনা য়েক্লিবা শক্তম অদুসু অপাবশিংনা থাজবা ওম্মী উপন্যাসকী য়ারী অদুগী চান্নবা মফম মতম য়েকপদা অইবগী হৈশিংবসু য়াম্না মরুওই নত্রবদি উপন্যাস অদু ফজবা ওমদে।

(৫) কেবা :—কবা হায়বগী অর্থদি মতাংসিদদি লোলগী থৃহায় অওনি। চুম্না য়াহৈ পবেং অমবু ইচম চম্ন হাযদোকপগী মচত্তা থর শেম-শারগা হায়দোকপা অদুবু কেবা (শৈলী Style) কৌই। করিগুম্বা য়ারেং নত্রগা শৈরেং অমা ফজবা হায়বাস মাগী থুংকে অদুগী মথোপোল্লি। মী থুদংগী শক-চু মান্নদবগুম শুক্লিং য়াথল মান্নদবনা কেবগী থুংকেসু মান্নদে। কেবদা মথল অনিথোক্না থাইদোকপা য়াই— (i) য়াহগী কেবা। (ii) মজুং অর্থগী কেবা। অনিমক মতাং মতাংগী ওইনা ফজৈ। কেবা হৈবা মীনা হেন্না মশক ফজবগুম সাহিত্যদসু লোলদা লেন্না কেবা ওম্বনা হেন্না রস চেল্লি পোংচৈদা লৈতেংবগুম সাহিত্যদা কেনৈ। লোলগী কেরকপগী মতাংদা হকথেংননা (ব্যঞ্জনা) নাকোইনন (লক্ষ্যনা) হায়না অনি থোক্না অমুকসু থাইদোক্লি।

(৬) পান্দম :— সাহিত্য হায়বসি পুন্সগী শক্তম্নি। সাহিত্যনা ঐখোয়বু হুংঙাইহল্লি। চোকথরবা হকচাং, য়েম্নিং চোংহল্লি। মরম সনা সাহিত্যকারাশিংনা সাহিত্যগী এইবা শরুক কযা শেম্নবা হেৎনৈ। মখোয়না কবিগুম্বা রারী অমবু ইনবা থনবা হৌরকপা মতমদা মাগী রাথন্দা কবিগুম্বা পান্দম অমা থম্নবা হোৎনৈ অদুগ মন্থ য়োনবা রারী ইবা লমচৎ শাজৎ, থোদোক কয়া থোকহন্দুনা মপূং ফানা পাংথোক্নবা হোৎনৈ। অদুগা মানা মাগী অনিংবন্থ যোনবা থোক্লিবা থোদোক অমস্তুং রারী ময়াম অদু অমত্তা ওইনা পুনশিম্নবা হোৎনবকই। ফত্তববু নমহৎলগা অফবনা মাইপাকপা, অবাবদগী হুংঙাইবা, অমম্বদগী অঙানবদা পুরক্নবা সাহিত্যকাব থুদিংমক্না থল্লি। মরমসিনা মখোয়গী পান্দমস্তু হুংঙাই য়াইফবগী থোরাং তৌবনি।

# 'ৱারী মচা'

সাহিত্যগী মচিন মনাওশিংগী মনুংদা ৱারী মচানা অহল্লি। সংসারসিদা মীওইবা জাতিনা খোঙদারকপা মতমদগী ৱারীশু য়াওবক্লে। হায়বদি মীওইবনা ৱা ঙাংবা হৈরকপা মতমদগী হৌনা ৱারীশু লৈরক্লে থাইদগী ইহান হানবা মী অদুনঃ মিৎ হেক প ঙ-থোকলকপা মতমদুদা মানা উৰিবা ঈশিং-তুংশিং, মৈ, লৈবাক অমসুং লেংলি পাল্লিবা মযাম অসি কনানা শেমলল্লিবনো হায়বা থংনিংবা অমা শোয়দনা পোকলল্লগনি। মানা মাগী থংনিংবশিং অদু কোক্লবা অতোপ্পা অনিশুবা নিপা অদুনা মফম মরাং থংদনা মাগী পাইরক্কী লৌশিংনা লাম্বা ফংবা পাউথুম অমা হায়জিন্দুনা ৱাহং হংলিবা নিপা অদুদা অশিংবা শাদুনা নত্রগা মঙোন্দগী নাম্থোক্লবা অমসুং মাগী থংনিংবগী লাংতক্লবা অদু কোকহন্নবা হোৎনরমগনি। অসুম্না মথং মথং অমগী মথং অমা হংলকপা ৱাহংগী পাউথুমশিং অদু মথং মথং চৎথরক্কুনা মমৈদা শাংলবা ৱারী অমা ওইরকই। মী অমগা উনবদা অৱা তুংঙাই হ'নদুনা অমদি মানা মানা থেংনরুবা থোদোকশিং তমদুনা অমদি তাদুনা অৱা-তুংঙাই ফোং-দোকই। অসুম্না ৱারী শাদুনা থবক শূবদা নত্রগা লমশাং চৎপদা ৱাবদু পোৎথানৈ অমসুং মতম লেপ্নে মরমসিনা ৱারী হায়বসি অহাংবা মতমবু মেনশিন্নবা অমসুং ৱারবা মীবু তুংঙাইহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা মমল য়াম্লবা হিদাক অমনি হায়বদা খোইনা হায়মনবা খোক্লোই।

ৱারীদি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা জাতি খুদিংমক অমত্তুং লোন পুম্নমক্কী লৈ। মৈতৈ ঐখোয়গীসু ৱারীনা ৱাই চাইনা লৈ। অদুবু অইবা ৱারিদি য়াম্নদে। ইনবা হৌবসু কুইত্রি। মৈতৈগী ৱারী কয়া ইমুং মনুং হায়বদি ফুঙ্গা ময়াদা ফম্লগা লিনৈ হায়দুনা ফুঙ্গাৱারী হায়না খংনবা ৱারীশিং ঙসিফাওবা লৈরি। ফুঙ্গাৱারীশিং অসি লোইনা ইখোকপা ঙমনদ্রে। খরদি ইনরে, অদুবু অয়াম্বা ৱারীদি খোম্মাংলক্তা পাইরুনা লৈ র।

ঐখোয়গী ৱারী ইবশিংনা খোম্মাংলক্কী ৱারীশিংবু লৌশিংগী মৈফুদা ইকখোক্লগা ৱাইহনা লৈতেংদুনা ইখোক্লবা ৱারী কয়াসু ঐখোয়না পারি। অসিগুম্বা ইখোক্লবা মমাংগী ৱারীশিং অসি ইখোকপা ওইরবসু ইখোক্লবা ওইরবসু তাবদা অমদি পাবদা কিবা অমত্তুং তুজংবা ঙাক্তা ওইরম্মী। মখোয়গী ৱারীশিংগী হিরমাদ শা. ঙাগী মরমদা অয়াম্বা ইনরম্মী। মরক মরক্তা অকল অথৌশিং অমত্তুং ধর্ম পাউত্তাক্কী ওইবসু যাওরম্মী। মতমচুগী অহল লমন অমত্তুং ব্রাহ্মণ গুরুশিংনা মখোয়গী শানিংবা অপাম্বা কয়া ৱারী ওইনা লীত্তুনা মচা মনাইশিংদা তাকলম্মী। মসি। খুদমদি মৈতৈ পুয়া হিন্দুগী বেদশিং, ইসাই অমত্তুং মুসলমানগী ধর্ম লাইরিকশিংদা ফংই, অসিগুম্বা মখলগী ৱারীশিং অসিনা চোক্তক্কী নোংমগী হিংনবগী লাম্বৈংনবদা ৱারবা অমত্তুং খবক চিল্লিবা মীওইশিংদা থোইনা কান্নবা পিবা ঙমদে। মরম অসিনা ঙসিগী ৱারী হৈবশিংনা হায়রী হিরমশিং লাস থাদোক্নুনা হৌজিক্কী মতমগা চায়বা অমত্তুং অনৌবা সমাজপা মরি লৈনবা হিরমদা ইনরে।

ঙসি রারীমচা হায়ন কৌনচন' সাহিত্যগী শরুক অমা ওইনা লৌচনা স্কুল কলেজদা তম্নরিবা রারী অসিদি ঐথোয়গী মমাংতৈগী নত্রগ রারীগী মচ-মশু নত্রগা মরিমতা নত্তে। মসিদি নল্লবা নো'চুপকী শোর্ট ষ্টোরী ( Short story ) হায়বা অচুগী শাই-য়োম্নি। বঙ্গলা অমসুং হিন্দী সাহিত্য লৈকোন্দগী লৈরাং চারা পুবরুগা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা থাখিবা লৈরাং পাম্বীনি। লৈরাং লৈপাল অসিনা তপ্পা তপ্পা চাওরক্তুনা হৌজিক্তি লৈবাং লৈশাং তমলক্লে। হৌজিক ফাওবদি মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা রারী লৈরাং মপুংফানা শাংকাইখ্রি।

অচুবু হৌগ্রবা পাম্বীনি চান্নবা ঈশিং-নুং শং ফংবদা য়াম্না থুনা মপুং ফানা শাংকাইরক্নি খল্লি। নুংশিবা লৈরাং জাংনি হায়বসিদি অতোপ্পা লৈকোন্দগী থংনরকপনা লৈরাংবা লৈপাম্বা খুদিংমক্তা মপুংকাদ্রিবা, লৈরাংগী লৈনাক নক্ত নক্ত পাইচনা লৈহি লৈনম থিনরি। খোইমুনা পান্নবা লৈরাংনি খ লবা লৈপাল থাবা কাওবুনা চার হাপ্তুনা অকবা মফমদ থাচনা লাইজ খিক্তুনা থুনা লৈ মপুং ফানবা হোৎনবিগনি নিংই। অচুগা লৈরাংসু খাঞ্জেংবা খোইমুশিংনা যৌবনগী নুংশিবা ঈশৈ তারগা থুনা মপুং ফাগনি।

মথক্তসু পনজগ্রে ঙসিগী রারীমচা হায়না থংনরিবা অসি থাইনগী রারীগী মচা মশু নত্তে হায়না। মরম অসিনা হৌজিক রারীমচাগী হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকফম অচু য়েংলসি।

## অংগ্রেজীদা ৱারীগী হৌরকপা ঃ—

অংগ্রেজী সাহিত্যদা ১৯ শুবা (১৮১৯) শতাব্দীগী শোর্ট ষ্টোরী ইবা হৌনখি মসিগী মমাংদদি নোভেল মচা ওইনা ইনরম্মী। অদুবু চায়রিবা শতাব্দী অসিদা ফ্রান্সতা বালজাক, জোলা অমসুং ফেলবেরথোয়না ৱারীমচা ইবা হৌন'খ। আমেরিকাদনা ইর'ভং, এন হথর্ন, ই, এ, পোনচিংবনা শিংথাবা য়াবা ৱারী কয়া ইখি। মসিগী মতুংদা রাশিয়াদা তোলস্তোয় দাস্তোয়াস্কী অমসুং টুগনেম থোয়গী ৱারী পারুবদা অতৈ লৈবক্কী মী পুন্নমক থুনমক মমালোম্না ৱারী ইবা হৌনখি। অসুম্ন মতম অসিদগী হৌদুনা ঙসিফাওবা ৱারীমচাগী ঈচেল লেপ্পা লৈতনা চেংশরকলি।

ৱারীগী ঈচেলদা অসুম লেপ্তনা চেংশরকপা মরম্না মমৈদদি ৱারীমচাগী পান্দম অমসুং ঙমথৈ লেপ্পা হৌনরক্লে। নোংচুপ লৈথক্কী ৱারীমচাগী মপানি হায়না ইকাই খুম্নরিবা এডগর এলন পো না ইং ১৮৪২ দা হাথর্নগী তুৱাইস টোল টেল (Twice told tales) হায়বা ৱারী অসিগী আলোচনা তৌরগনা অসুম্না ইরম্মী। "A short story is a narrative short enough to be read in a simple, sitting written to make an impression on the reader, excluding all that does not forward that impression, complete and final in itself." হায়বদি ৱারীমচাদি কমকম হোংদনা অমুক্তা পাবা ঙমগদবনি। অদুগা অপাবা মীহুদা পুক্নিংগী শরুক অমত্তা

ওইনা ঈহৌ অমা হৌহনগদবনি অদুগা মহুস্নু মত্তোমদা মপুং ফাগদবনি অদুবু ই, এ পোগী রারীগী পান্দম অসি হৌজিক্কি ময়াম্না পাম্নক্রে। মরমদি রারীমচাদা তেনবা শাংবদা থোইনা পুক্নিং চংকম থোক্কে মরমদি মাগী তোঙালবা মওং মতৌস্নু লৈগদবনি হায়না অদুবু হৌজিক আমেরিকানচিংবা লৈবাক্কদি রারীমচাগী অতেনবগী চাং ফাওবা লেপ্লে মতুদি—রারী মচাগী অমা তেম্লবদা রাহৈ চামা অদুগা শাংলবদা রাহৈ চামঙাদগী হেল্লোইদবনি হায়বা নিয়ম শেম্লদুনা লৈরে। মরম অসিনা আমেরিকাদদি রারীমচাসি য়াম্না তেম্না তেম্না ইনরে।

রারীগী তশেংবা পান্দম পীবদি ওইথেক্কে মরমদি রারী হায়ববসি লোইবা নাইদে। রারী লীগদৌরিবা শমস্নুং রারী তাগদৌবা মীতুগী পুক্নিনা হান্না লোইখিবা ঙাক্কনি। অমরোমদনা রারী লীরিবা অমস্নুং তারিবা মীতুনা মাগী থবক্কী মফম অমস্নুং মতম যেতুনা বারীত্থ লোইশিনবা ঙাক্কনি। মানা লীরবা থরক্ক মতাং চানা লোইশিন্দুনা অপাম্বা নত্রগা অতাবা মীতুদা করিগুম্বা কান্নবা থরা পিনবা হোৎনগদবনি।

অদুগা লমশাং চৎপদা নত্রগা থবক শুবদা রাতুনা পোত্থাবদা লীনবা রারী ওইবনা শাংবা ফত্তে হায়বসি মী থুদিংগী মতনি। মরম অসিনা হিরম অসোমদা য়াম্না হৈশিংলবা মীওইশিংনা রারীদি অতক্কী মতিক তেম্লগদা কৈ হায়না লৌনৈ। (Fiction that can be read in an hour) হায়না হায়নৈ অদুগা অনা-গুম্বা থরন রারী মচাবু পুক্নিগী মচেৎ (Slice from life) হায়না

নত্রগ .স্নপসে ট (Snapshort) ছায়না হায়বগুম্নু য়াওই। ৱারী-মচা অ'স পিক্রবস্নু পিক্কা মগুণ লৈবা চম্প্রাগুম্বনি।

ৱারীগী মরমদা সাব হূৎ রালাপালনা মাগী মত অস্নুম্না পিরম্মী
'A short story should be a story; a record of things full of incident and accident. swift move ment, unexpected development leading through susppense to a climax and a sat sfying dendu-ment. অস্নুম্না ৱারীগী মরমদা পীনম্নিবা মতশিং অ'স ঐথোযনা ফনা য়াম্না পাউনস্নু অমত্তা মাল্লবা উদে। অদুবু ময়ামগী অমত্তা ঙাইবা মত্তি ৱারী মচাদ তেনগদবনি অমস্নুং শমজিন্না ইগদবনি হায়ব'সনি।

## হিন্দী সাহিত্যকারশিংগী মত ঃ—

ডা• শ্যামসুন্দর দাসনা ৱারী মচাগী মরমদা অস্নুম্না ইরম্মী—
'अख्यायिका एक निश्चत लक्ष्य या प्रभाव को रखकर लिखा गया नाटकीय आख्यान है।"

ৱারীমচাদি মশা মতোমতা গপুংফাঙ্গবা অমস্নুং অর-হুংঙাইগী শরুক য়াওবা অদু ৱারী মচানি।

ৱারীমচাগী মরমদা বাবু গুলাবরায়না অস্নুম্না ইরম্মী —
'छोटी कहानी एक महत्वदुर्ण रचना है जिसमें एक तथ्य या प्रभावको अग्रसर करने वाली व्यक्ति केन्द्रित घटना या घटनाओं के आवश्यक परन्तु कुछ अप्रत्याशित ढगसे उत्थान पतन और

मोड़ के साथ पात्रों के चरित्र पर प्रकाश डालने वाला कौतुहल पूर्ण वर्णन है।'

গুলাবনায়গী ৱারীমচাগী পান্দম অসিদি মথক্তা পনগ্রবা ইঃ এঃ পোগী পান্দম অতুগা অম্মানি।

হিন্দী সাহিত্যদা ৱারীমচা ইবদা অথোইবা মুনশী প্রেমচন্দ্রনা অস্নুম্না হায়রম্মী— "ৱারীমচাদি পুন্সিগী কাঁরগুম্বা শরুক নত্রগা পুক্লিংগী ঈহৌ অমা উৎনব হোৎনবনা ৱারী ইবা অমগী পান্দম ওইগদবনি। ৱারী অমদা যাওবিবা লমচৎ, কেবা অমগুং ৱারীগী মশেম অতনা পুক্লিংগী ঈহৌ অতবু মপুং ফাহনগদবনি উপন্যাস-কুম্না মাদি মীওইবা পুন্সিগী মপুং ফাবা শক্তম অমা উনবা হোৎনদে। অতগা মথল মথেলগী লৈনাংশিং উবী-ৱাবীনা লৈতে লবা লৈকোল অমসু নত্তে। অমসুং মাদি মাঙোল মচ অমদা থিনবা গনলা। অমদা মপুং ফানা মনিং তৌনা মতেংমদা শাৎলিবা লৈপাল অমগুম্বনি।"

ৱারীমচাগী মরমদা ময়ামগী মত থরা ইজস্রে। হৌজিক ঐগী মত ওইনসু অস্নুম্না "ৱারীমচা অমদা তেনহনবা যাৎমথৈ তেনহনবগা লোয়ননা মপুংফাবা ৱারী অমসু ওইগদবনি।"

## ৱারী অমসুং ইতিহাস :—

ৱারী অমসুং ইতিহাস হৌখিবা থোদোক্তী মরমদা ইবা মরম্মা য়াম্না নক্কবা মরি লৈনৈ। অদুম ওইনমক থেৎনবা থরসু লৈ। ৱারীদি হৌগ্রবা, থোক্লগদবা অমসুং ভাবনা শাজিনবা হিরম অমগী

মরমদা ইবা য়াই। অদুগা ই তহাসতি অশেংবা হৌগ্রবা তারিক অমসুং মফম মত্তমদা ই। ইতিহাস অমসুং রারী অনিসি ইবগী খুৎই চপ মান্নে। মরম অসিনা অখণ্ড অহৈশিংনা অনি অসি খাদোক্লবা য়াদে হায়না হায় ম্মী

## রারী অমসুং উপন্যাস ঃ—

রারীনা অরিববু মুংশি শত্তগা উপন্যাসনা অনৌববু পান্মী। অদুম ওইত্তনসু মচিল মনাও ওইবনা যথোয়নি হায়কেৎ মান্নে। অনিমক মীওইবগী পুন্সিগা মরি লৈনবা ফিরম অমসুং থৌদোক-শিংগী মরমদা ইনৈ রারীনা পুন্সী মচেৎ অমা অহগা উপন্যাসনা পুন্সি পুম্বগী মরমদা ইনৈ অমসুং থন্নে। পুন্সিগী খনক থৌদোক পুম্নমক অনিমক্তা পাত্তনা ই নত্রবদি মযাম্মা পাম্বা রাংলি অমসুং অইবগী হোৎনমন অদু অরেম্বা তাই। রারীনা পিকই উপন্যাসনা চাওই হায়দুনা শনিসিগী থেংনবা পুথোকপা নত্তে। অনিগী থেংনবা অসি মনগা হংজায়গা থেংনণগুম্বনি। পিকপা চাওবগী রাদ নত্তে অতৈ হিরম থুদিংমক্তা থেং নৈ।

রারী ইবা মীদি মাগী লৈজবা পাঙল পুম্নমক রারীগী মগুণ পুম্নমক মফম অমত্তদা পুশিন্নবা হোৎনৈ। মানা মাগী রারীনা অপাবশিংবু ঈচেল অমত্তা পম্বু লৌনবা থুনা লেগুনা পুদনা চৎলি। মরক্তা ওহাক পোৎখানবগী মত্তম পিদে। অদু নত্রবদি অফবা রারীনি হায়না লৌনদে। অইবা অতুনা পাক চাওরবা রাখল কয়াবু তেল্লবা রারেং খরদা ইথোক্লবা হোৎনৈ। রারী ইবা

নিপাহ্না মাগী রাখল পুম্নমক অমসুং থবক থৌদোক থুদিংমক্তু
পিক্রবা লংঙুং অমদা চোযজাইনবা লৈরাংশিংবু লে'শিল্লগা
ফজরবা লৈ পবেং অমা ওইবগুম্না ত্তেল্লবা থাজবা য়ারেংদা
লেংশিনবা হোংনগদবনি।

বাবীমচাগী মচাক (Element of short story) তা
নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অখণ্ড অহৈশিংনা শান্নবব মচাক
তরুক (৬) লৈ:—বাবী, মী, লে'ল য়াবীশাবা, মফম মতম
অমসুং পান্দম।

(১) য়ারী:—বারী (কথানক) হায়বসি সাহিত্যগী শরুক
পুম্নমক্তা মমাংঙদগী ভসিফাওবা শানরী। অদুম ওইনমক অতৈ
শরুকশিংদা য়াওনরিবা য়ারীগী মতাংগা য়ারী মচাগা মতাংদগা
য়াম্না খেৎনৈ। য়ারীমচাদদি য়ারী অসি থেক্লা-কোইনা চৎপা য়াদে।
চুম্না ময়াংদা হোবদগীনা লোয়বা ফাওবা চেৎই। অদুবু হৌজিক
মতমগী য়ারীমচাদাদ মস মপুং ওইদ্রে। হৌজিক্তি য়ারীমচাগী
পাত্রদুগা মফম মতমগী অমত্তা ওইনা চৎমিন্নদুনা হৌখ্রবা হৌজিক
অমসুং হয়েংগী মরি অমা থম্নবা হোৎনৈ।

(২) মী:—মী (পাত্র) য়ারীমচাদা মী অসিসু য়াবীদগী
লাপথোক্না থম্বা য়াদে য়াবীমচাদা য়াওরিবা মী অদুদি য়ারী
অমসুং থৌদোক পুম্নমক তিল্লে। য়ারীমচা অমদা মী অনি-
অহুমদগী হেন্দবা কৈ। য়ারী অদুগী ওইহল্লিংবা অদু মীদুনা
পুদুনা চৎলি। য়ারী ইবদুনা মানা পাম্বা অদুগী মতুং ইম্না মী
শেম্মী। মরমসিনা কনাগুম্বন। য়ারীমচাদা য়াওরিবা মী অসিদি

থরায় পান্দবা অইবনা শান্নিংবা মওংদা শান্নবা য়াবা হঙগুম্বনি হায়নৈ। মসিদগী কান্নবা ৱারী ইবশিংনা মী শেম্বা মতমদা ৱারী অমম্বুং মফম মতমগা চান্নবা য়েংগদবনি। মফম মতম অমম্বুং থোদোকশিংগা চান্নরবদি ৱারী মচাহু ফজবা হেল্লি।

(৩) লোল :—ৱারী মচাদা লোল অসিম্বু য়াম্না মরুওই। মহুদা য়াওরিবা মী অহুনা মফম-মতম য়েংহুনা লোল শিজিন্নগদোবনি।

ৱারী মচাগী লোলদি য়াম্না মপুং ফানা অর্থ চেনবা ওইগদবনি। কান্নদবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নরোইদবনি। ৱারীমচাদা য়াওরিবা মীশিং অহুনা মাগা মাগা চানবা লোল শিজিন্নরবদি ৱারীহু ফজৈ।

(৪) ৱারীশাবা :—ৱারীশাবা ( কথোপকথন Dialogue) ৱারীমচা ইবা মতমদা ৱারীহুদা য়াওরিবা মী মশেল অমগা অমগা ৱারী মাঙ্গৈ করি করিগুম্বদা ৱারীমচাদা ৱারী শাবা য়াওদবা ৱারীমচাসু থেংনৈ। মী অমগা অমগা ৱারী শান্নবা মতমদা শাংনা ঙাংনবা য়াদে। য়াম্না তেন্না তেন্না ফজ-ফজবা শমদি প্রমাণ পাম্বৈ য়াওবা ৱারী শান্নবা ফে। ৱারী ৱাতাই শাবা অসি মীহুগা চান্নবা ওইগদোবনি।

(৫) মফম মতম :—মফম মতম (দেশ কাল-Environment ) ৱারী মচাদা য়াওরবা ৱারী অসি ঐথোয়গী অশেংবা পুন্সিগী ৱারীনি। ঐথোয়গী পুন্সি তে ঙান তোঙানবা মফম মতমনা শেম্মী। মরমসিনা মসিগী মরমদা ৱারী শান্নবা অমম্বুং মতাংচাবা

মফম মতম থে'নবা অদু চাপ্লবা মফম মতম (দেশ কাল Environ-ment) কৌই। মফম মতমনা মীশিংগী পুক্নিং থোগংলি অমসুং হোংহল্লি। অদুনা মীওইবগী অন্না হুংঙ'ইদা মফম মতমসু শরুক য়াওই।

(৬) পান্দমঃ— পান্দম (উদ্দেশ্য-Aim) হায়বসিদি ব্লারীমচা ইবদা নত্তনা অতৈ শরুকশিং ইবদসু লৈনৈ। মীওইবগী পুন্সিদা করিগুম্বা পান্দম অমা লৈ অমসুং মদু য়েংহনা থবক তৌনৈ। ব্লারী মচা ইবসু পুন্সিগী তোঙাল তোঙালব শরুকশিংবু যাম্না কুপ্না য়েংলগা মদুগী মরমদা ব্লারী অমা ইনবা হোংনৈ। মানা মাগী পান্দম অদু য়োনবা মী, থৌদোক কয়া শেম্মী। অদুগা ময়ামদু মাগী পান্দম অদু ওইনবা হোংনৈ। অফবা পান্দম থম্লগা মদু হোংনবনা অফবা ওইবনি।

ইবিবা হিরমদুগী মতুং ইন্না ব্লারীমচাগী মথল কয়া থোক্না থাইদোকপা য়াই—

১। সমাজিক
২। ইতিহাসিক
৩। মনো-বৈজ্ঞানিক
৪। আর্থিক
৫। রাজনীতিক

১। সমাজিক ব্লারীমচা :—মীয়ামগী ওইবা ব্লারীমচাদা মীয়ামগী ওইবা অন্না হুংঙাইগী মরমদা ই। মী অমগা নত্রগা ইমুং মসুং হুংঙ'ই য়'ইফবা অমসুং লমচৎ শাজৎ অদুসু মসিদা ইনৈ। নোংমগী নত্রগা পুন্সিগী ওইবা থৌদোক্না পিক থন্না লৈ।

২। ইতিহাসিক ঃ— ইতিহাসকী ওইবা মরমদা ইবা রারীমচানি। মসিদা হৌখিবা থৌদোকশিংবু রাখলনা নিংথিনা পৈত্তেংলগা ইনৈ।

৩। মনো বৈজ্ঞানিক :—মনোবৈজ্ঞানিক রারীমচাদদি মীওইবগী পুক্নিংগী মরমদা ই। পুক্নিংগী অপাম্বা অমসুং অনিংবা অচুনা পুন্সিগী থোক্লিবা থৌদোক ময়াম অচু য়েক্‌চুনা তাক্লি।

৪। শেল থুম ঃ—হিংননবগী লানকমদা লাম্থেংনরিবা ঐখোয়নি। নোংমগী পুন্সিগী চাম্নবগী শেংনবগী হোৎনবদা থেংনরিবা অরাবা হুংঙাইবা অসিগী মরমদা ইবা রারী মচানি। চাবা অমসুং শেংপনা ঐখোয়গী পুন্সিনি। মসিগীদমক অকনবা লানকম্নি মালেমসি।

৫। রাজনীতিক ঃ—রাজনীতিগী মরমদা ইবা রারীমচাদসু রাজনীতিগী রারীমচা কৌই। রারীমচাগী মতুংদা রাজনীতিগী শ্রকা অকুম অমদি লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎনবগী ঈরাং কয়ানা যপুং ওই। মতুগী মতুংদা মরৈবাক নিংবা মচা, থৌনা লৈবা মী শেমচুনা হুংঙাই-য়াইকবা, পুন্সি লম্বী অমা পুরক্কবা হোৎনৈ।

# আলোচনা

জীব কুদিংদগী ঐথোয় মীওইবনা থরা হেল্লা হৈথোই-শিংথোইবা মরম্না ঐথোয়না পোৎ তামগী মরমদা উবদা, তাবদা থংবা ঙম্বমূক অতৈ জীবশিংনা ঙমদে ঐথোয়না পোৎ অমবু চুম্না তার-উরগা কোননা মতুগী মথা তানা মসি কমদোনা ওইরক্লিবনো, কদাইদগী হৌরকপনো কৰিনো কনানো, কদাইফাওবা চংথগদৌ-রিবনো হায়বা অসিনচিংবা অসি থংনিংবনা লাংতক্লকুনা লৈহল্লে। থংনিংবশিং অসি কোক্লবা হোৎনরকই অনম্সুং মতৌগী পাইম্বে থিরকই। মতুবু ঐথোযগী ইরক্তস্সু থংনবা উনবা শক্তি ঈশ্বরনা থেৎননা পিবিরকপা মরম্না পোৎ অমত্তুদা নত্রগা হিবম অমত্তুদা হেম্না কুপ্না থংবা উবা, রাৎনা থংবা উবা লৈ। মরম অসিনা সাহিত্যগী মতাংদসু ময়ামদগী থরা হেল্লা থংবা থংদবাস ঈশ্বরগী খুদোল ওইনা অসুম লৈরে। ময়ামদগী হেল্লা থংবা উবা ঙম্বা অতুনা অচম্বা মীয়ামদগী হেল্লা নাক-য়েৎ শুনা থংবা, থলবা, উবা ঙম্মী। অস্নমা পোৎ অমগী মরমদা কুপ্পা য়েংবা, উবা অমসুং নৈনবা ঙম্বা মীতবু ঐথোয়না সংস্কৃত লোন্দা আলোচক হায়না কৌনৈ। অতুগা য়েংগদবা, উগদবা অমসুং নৈনগদবা পোৎ নত্রগা হিরম অতুদা নৈনবা অতু হায়থ্রিবা লোল অসিদা অলোচনা তৌগদবা হায়না থংনৈ। আলোচনা হায়বসু পিজিন্দুনা নৈনবা য়েংবা হায়বনি।

- সংস্কৃত সাহিত্যদা আচার্য্যশিংনা সাহিত্য শাস্ত্রবু য়াম্না কুপ্না থম্না নৈনরম্মী। মথোয়না সাহিত্য শাস্ত্রবু তোঙাল তোঙালবা

ক্ষমিংদা আলোচনা শাস্ত্র সমীক্ষা শাস্ত্র, সমালোচনা শাস্ত্র, কাব্য শাস্ত্র, কাব্য মীমাংশা শাস্ত্র অসিনচিংবা মমিং থোন্দুনা কৈরম্মখি। মসিগী ঈচেলসিদা হিন্দী অমসুং বেঙ্গোলী সাহিত্যদসু সমালোচনা নত্রগা আলোচনা হ'য়না অসুম কৌনরি অমসুং নৈনরি হিন্দী অমসুং বেঙ্গোলী সাহিত্যদা কুনশুবা শতাব্দী হৌগংলকপদগী হৌনা আলোচনা অমসুং সমালোচনাগী থবক কয়া থয় -নৈনবা হৌরকখি। শতাব্দীসিগী ময়ায় চল্লকপদদি সমালোচনা নত্রগা আলোচনা থবক মপুং ফাত্রে।

মণিপুরী সাহিত্যদ'দি থবক অসি পাইখৎলকপদা ঙাইরি হায়বা ভাই। ইং ১৯৮১ অসিরাইদা ডাঃ কমলগী মাধবী শ্রীথাইরাকপম চাওবগী লবঙ্গলতাবু মণিপুর সরকারনা ছাত্র শিংগী তয়নবা লাইরিক ওইনা লৌশিনখি। অতদগী শ্রী অয়েকপম চন্দ্রমনি, এঃ নিলকান্ত সিংহনচিংবা ওঝাশিংনা ছাত্রশিংগী খুদোংচায়বা হায়দুনা রাহং শাউখুমগী মওংদা আলোচনাগী শিলয় ওইনা আলোচনা ইনখি। মথোয়গী মথংদা হৌজিক এঃ দিনমনী সিংহনচিংবা ওঝাশিংনা মরক মরক্তা চেকোং অমদি কবি অমগীতা ওইবা পুন্সি রারীগ পুন্না কোংমিন্নবা আলোচনাগী লাইরিক থরা কোংলি হৌজিক ঐথোয়গী মাংদা আলোচনাগী লাইরিক ওইনা লৈরিবদি চন্দ্রমনিগী সাহিত্যগী নৈনবা রারেং থরা (১৯৬৩) এমঃ ইরাবত সিংহগী 'সাহিত্য আলোচনা' (১৯৬৮ ইং) অনিসিদনি। অনিসিগী মনুংদা চন্দ্রমনিগী অসিনা খুৎমাবা ওইবনা মপুং ইফা কাদে। অনিশুবসিনা মমিং ফাওবা চুয়া থোনবা,

হৈত্রিবা আলোচক্কী লাইরিক্সি। মণিপুরী সাহিত্যদদি নৈনবগী হিরম অসি য়াম্না নৌনা থোক্নি। অতৈ লোলগী সাহিত্যগা চাং- দম্নবদা অচৌ অচৌবা ব্যাকরণনা ইনত্রিবা লোল অদু যাম্নমক চাওখৎলে হায়বা যাদবগুম নৈনবগী লাইরিক মতিক চানা লৈত্রিবা সাহিত্য অদু মতিকচানা চাওরে অমদি পাকলে হায়বা ঙম্নদে। মণিপুরী সাহিত্য অসি য়াম্না লিত্রি হায়রুবা যাত্রবসু নৈনবগী বিষয অসিদি ওম্বোক্না নৌনা থোকলি। লিবগী হাযরুরবদি মতিকচানা লৈকম থোক্রবনি অদুবু ঙসি ঙরাংতা মাইকৈ অসোমদা পুন্নিং চেগে থম্নরকপগুম উরি। থরা উরিবা মওং ঙসিসু আলে চক্কী মশাগী ওইবা মওং (Subjective criticism) ডাক্তা ওইনা তৌই; অদুগা নৈনরকপদা অযাম্বদা মবাল পুথোকপা ওইনসু তৌরি। করিগুম্বদা থাগৎলম্বা তাববসু পংথাদা থাগৎলম্বা থেংনৈ। মীচং মীথায় নাইরমদবদি য ই হায়বত্থু নাইবা মাল্লি। "এঃ দীনমনি সিংহ" সাহিত্য নৈনবা।

মণিপুরী সাহিত্যদা আলোচনাবু সমালোচনা হায়না কৌনরি। মসি করিসুবুদি কাইদে অদুবু নোংচুপলোমগী ক্রিতিসিজম (Criticism) গা য়েংনরুবদা থুক্সুং থরা চংবা মাল্লি। ক্রিতি- সিজমগা মাননা লেপ্পা ঙমবদি অলোচনা হায়বসিনি। আলোচনানা পাক চাওনা মনিং তম্না থম্না নৈনৈ। অদুগা সমালোচনানা অইবগী কৌরোই মতুংইন্না নৈনৈ। ইশাগা চাম্নবা য়েংহুনা শিজিন্নবনি হায়বদি করিসু কাইদে। আলোচনা হায়বগী অর্থদি করিগুম্বা পোৎ অমা জ্ঞান বিজ্ঞান অমসুং মাগী মশা নত্রগা সাহিত্যগী ওইবা

নত্রগা কলাগী ওইবা তে ঙাল তোঙালবা মখলশিং অসি য়াম্না কুপ্না য়েংবা নত্রগা নৈনবা হায়বনি, মরম অসিনা আলোচনা হায়বা অসিনা সংসার অসিদা নৈরিবা পোৎ খুদিংমকপু য়েংবা অমসুং নৈনবা হায়না খংনগনি।

বাতস্যায়ন মুনিনা মাগী কামসূত্রদা আলোচনা শাস্ত্রবু চৌসঠ-কলা ( চৌসঠ কলা ) হায়বদি কলা ৬৪ না তিল্লবা কলা অমনি হায়না লৌহনা "ক্রিয়াকল্প" হায়না কৌরম্মী। ক্রিয়া হায়বগী অর্থদি কাব্যগী লাইরিক নত্রগা কাব্যগী থবক; কল্প হায়বনা বিধান-শেম্বা পুন্না ক্রিয়াকল্প-কাব্যগী লাইরিক শেম্বা নত্রগা কাব্যগী থবক শেম্বা হায়বনি; আলোচনা শাস্ত্রগী অর্থদা বোধগী লাইরিক "ললিত মঞ্জুব" দসু য়াম্না শুগাইনা ইরম্মী হায়নৈ।

## আলোচনা হায়বা ৱাহৈগী হৌরকফম ঃ—

সমালোচনা অমসুং আলোচনাগী হৌরকফম—"লোচ" হায়বা ৱাহৈ অসি পানিনিনা মাগী ব্যাকরনদা "লোচ্" হায়না শিজিন্নরম্মী। আ + লোচ + অন + আ = আলোচনা নত্রগা আ + লোচ + ল্যুর (অন-) আলোচন হায়বগী অর্থদি য়েংবা অফ-ফত্ত খন্নবা অমসুং নৈনবা হায়বনি। সমালোচনা হায়বসু আলোচনাগী অর্থ অসিদা সং = পুন্নমক নত্রগা মাপ্পব + আলোচনা য়েংবা নত্রগা নৈনবা, সমালোচনা = পুন্নমক নত্রগা মাপ্প য়েংবা অমসুং নৈনবা হায়বনি। হৌরকফম অমসুং শিজিন্নফমগী মতুং ইন্নদি খোইনা খেৎনবা নৈতে। অনিসিগী মতুংদা মানা মানা পাম্বা অমসুং হৈনবা য়েংহন্না ভারত-পুম্বগী লোনশিংদা শীজিন্নরি। মণিপুরী সাহিত্যদদি হৌবদগী

ঙসিকাওবা সমালোচনা হায়না কৌনরি অমসুং শিঙ্গিন্নরি। আলোচনানা অক-ফম নিংতম্না থৈ়্গে। সমালোচনা লেখকী কৌরোই মতুংইন্না থৈ়্গে।

## নোংচুপকী সাহিত্যদা আলোচনাগী হৌরকফম অমসুং মিৎয়েং ঃ—

নোংচুপকী সাহিত্যদা আলোচনা শাস্ত্রবু ক্রিতিসিজম (Criticism) হায়না কৌনৈ অংগ্রেজ্জী লোলগী ক্রিতিসিজম হায়বসি গ্রিক্কী ক্রিতিকোজ (criticose) হায়বা ৱাহৈসিদগী লাকপনি। মসিগী অর্থদি করিগুম্বা অমবু ঙাকপা ঙম্বা হায়বদি করিগুম্বা পোৎ নত্রগা সাহিত্যগী কলাশিংবু মফম চানা লৈহনবা ঙম্বা হায়বনি। ক্রিতিসাইজ তৌবা হায়বসু অক্ক-ফত্ত অনিমক চপ মান্নানা মুন্না থন্নবা হায়বনি। কনা কনাগুম্বনা ক্রিতিসাইজ তৌবা হায়রগা ফত্তবা ঙাক্না থন্নবা নত্রগা ঙাংনবা ওইনা লৌনৈ। মতু নত্তে। ক্রিতিসাইজ তৌবা হায়বসিদি মতাংগী মতুংইন্না অফবনা ফনা, ফত্তবনা ফত্তনা মনা পিগদবনি।

সমালোচনাগী মরমদা মত পিনরম্বশিংগী মপুংদা মান্নদবা অমসুং য়ানদবা অমদি অশুম লৈরে। মসিগী মরমদা ঙসিফাওদা কনামত্তনা চপচাবা মত পিবা উন্নদরি। হিরম অসোমদা থিজিল্লুরবা কাঙবুনা মাগী মাগী অপাম্বা অহুগী মতুং ইন্না থুদমগা লোয়নননা হায়রম্বা ঙাকুনি। Oxford new English Dictionary দা ক্রিতিসিজমগী অর্থ অসুম্না হল্লম্মী—'The criticism is the art of estimating the qualities and character of

literary or artistic work." মসিগী মমাংদা মহাক্ মশামকস্থু অক্ষাওবা লেখক অমা ওইরিবা ড্রাইডন্না ক্রিতি-সিজমবু অম্মুন্না হায়রম্মী—"The criticism is a standard judging well অম্মুন্না আলোচনা হায়বসিদি অচুম অরান মুন্না য়েংহন্না রায়েলগদবনি। মাদি অরানবা মতাংদা লাল্লি অমস্থুং অচুম্বা মফমদা চুম্মী হায়না আকবা লৈতনা অশেংবা মশক অহু তাক্লবা হোৎনগদবনি মরম অসিনা আলোচক ওইরিবা মীহুগী তোপ তোপ্পা মগুণ খরা চেন্দবা য়াদে। মাগী খোনা অমস্থুং লৌশিংগী মতুংইন্না আলোচনাগী মফম হায়বদি লাইরিক্কু বু ইরিবা অমস্থুং লাইরিক্কুবু পাগদৌরিবা মীয়ামহুগী লাইবক লেপ্পকদৌরিবনি। আলোচক অহুনা মতাং চানা থাগৎপা, নিন্দা তৌবা অমস্থুং মসি ওইগদৌবনি হায়বা মশক অমা অপাবা অমস্থুং অইবদা খংহনগদবনি। "The criticism is the conscious evaluason or appreciation of a work of art either according to the artistics personal taste or according to some accept asthestic ideas, increasingly it is started as it was always implied the set up as a critic is to set up as a judge of values" মরম অসিনা আলোচকশিংনা কবিদগী হেনবা গুণ খরা চেন্দবা য়াদে। আলোচক্কী রাখল পরিং তুংইন্না কবিগী রাখল অহুবু অপাবশিংগী মফমদা য়োহনগদবনি। মহাক্না লাইরিক ইরিবা অহুনা অফবা লম্বী তাক্কদবনি। কবিনা লৈকোন্দা শাংলিবা

লৈরাংগী লৈরা হাইদোক্কুনা লৈনা লৈশক তাকপগা লোইননা অমুগা নচোম শেমগদবনি। মসিনা নাপ্পদা থেংনবা থমগদবনি। মসিন ওনমদ শীজিন্নবা থাক্কদবনি হায়বা অসি মযেক শেংনা থিংদুনা তক্কদবনি অদুদদা লৈরাংগী লৈশক রস লৈনম অমসুং মগুণ অপাবশিংন ফজনা থংবা ওমগনি।

আলোচক থবনা আলোচনাবু পিন্ট অমসুং সিষ্টেমেতিককী মওংদা থবকগা আলোচনাগী হিরমবু সাহিত্যগী ওইবা মওং অমসুং মচাগী ওইবা চাংনা তানিংথোক্ক থইদাক্লম্মী মরম অসিনা আলোচন হায়বসি সাহিত্যগী ওইবদগী বৈজ্ঞানিকনা হেন্না নক্‌শিল্লি হায়ন মাথক মত পিরি অদুবু মসি তুংতানা চংনবা য়াথিদে। অদুবু মসিনা আলোচনান ইতিহাসপু মতম থুদিংদা চনা অমসুং সাহিত্যগী চাং যেংবদ মপুংফানা অহোংবা অম পিবা মেথডবসু কবিগুম্বা অওনবা অমা শোয়দনা পুরকই আলোচক-শিংনা তাফবা মথংগী আলোচনা তৌবা ওম্ন বগদমক অক্কব রথল থন্নবগা লোয়নন মহাকপু মতমগী সমাজদা হংজনা লৈবিবা জীবনগী লোয়নন হিংমিন্নগদবনি কলচার অদুগা সাহিত্যকার অমুনা করম্না হিংবগে, লেংথিবগে হায়বদু থংনা আলোচক্না তক্কবা হোৎনগদবনি

আলোচনা তৌবা মতমদা আলোচকশিংনা বিচারপতি অমা ওইবগা লোইননা উকিল অমগী থবক তৌবা তাই. নত্রবদি চুম্না বিচারপতি অমা ওইনা হেক্তা রায়েনবনা মপুং ফাদে। আলোচকতি আনমক্কী থবক পুম্না তৌমিন্নগদবনি অদুগা

অতুনা করম্বা কালগীনো মতুদা য়াওরিবা পাত্রশিং অতুনা শেংলি চা'ববা ফিরোল অমম্নুং ভাংলিবা রাঙাং অতু রারীতুগী মতমগা চান্নারব্র, .থাকলিবা থৌদোকশিং অতুন মতমতুদা থোকপ্রিবা নত্রগা লেখক্রী শাক্তিনবা রারীরা হায়বসি য়াম্না কুপ্না মুম্না য়েংগ-দবনি। মরম অসিনা আলোচক অমা ওইবা তারবদি ইতিহাস থংবা তাই। মনোবৈজ্ঞ ন হৈবা ওইগদবনি নত্রবদি মানা মরামসি থংবা ভমলোই। মকম, মতম, মওং মতৌ পুম্নমক থংবদা নত্তুনা থনবসু য়াম্না মরু ওই। থুদম ওইনা হিক্তম অভাহলগী খম্বা থোইবী শৈরেংগী আলোচনা তৌবা তারবদি ইহাল হানবদা ঐখোযগী মিৎযেং মোইবাংগী রারীদা থমগনি, রারী অসি কযা যাম্ন লিরে, রাবীসিগী চংনবী করিনা কবিনা রারী অসিবু করম্ব মওংদা ইবিবগে, মানা ইবিবা অসিনা কদাইফাওবা মাইপাক্লা ইথোবপা ভম্বগে, রারী অসি ইতিহাসকা কবি মরি .থাক্লে অমম্নুং মসিদা মাগী রাথলগী শাক্তিনবগী শরুক্না কয যাম্না য়াওই হাযবসি মুম্না যেংগনি অতুগা মথং মনাও নাইনা নৈনবা হৌরক্লনি।

কবি নত্রগা আলোচকশিংনা পুক্লিংগী অপাম্বা অতু লোলগী পাম্বৈনা ক্ষোংদোক্লৈ মখোয়না মখোয়গী পুক্লিংগী অপাম্বা অতুগী মঙংশিনবা ভম্বা লোল খি, অতুবু মখোয়না মীয়াম্না থংবা ভম্বা তোইনা শীঞ্জিন্নবা লোলতমক শীজিন্নবা কৈ। আলোচকশিংনা কবি কাবগুম্বদা মতিক চাবা লোল কংলকত্রবা নত্রগা মাগী রাবেংতু ফজনবা হাযরনা প্রেম ণ পাম্বৈ ওইনা শীক্তিন্নে হায়রিবা মথলশিং অসি আলোচকতা নত্তে, লেখকশিংসু মসিগী পাম্বৈনা সাহিত্যগী

ফজবা হেনজল্লি। অসিগুম্বা মত্তাংদা ঐখোয়না ইচম চম্না থংবা ওমদে। মরম অসিনা আলোচকনা মতু শন্দোক্না অপারবশিংদা তাক্কদরবনি।

সাহিত্যকারশিংনা মাগী মতমতুগী সমাজগী চংনবী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতি পুম্নমক য়েক্নুনা থম্মী। মরম অসিনা অথং-অহৈশিংনা সাহিত্যদি সমাজগী মিংশেল'ন হায়না হায়রম্মী। হায়বদি হৌগ্রবা মতমগী সমাজগী চংনবী পুম্নমক সাহিত্যদগী থংবা ঙম্মী হায়বনি। সাহিত্যনা মিংশেল হায়বদি মসুং মপাল ফ ওনা উবা ঙম্বা মিংশেলনি হায়বা য়াই। অদুবু মসি হেক্তিনবা রাং-তাহনা তোংসনি। মরমদি আলোচকশিংসু মীনি। মীওইবগী মশাদা অরাৎপা থরা শোয়দনা লৈফম পোকই মরম অসিনা হিরম অমত্তদা তোঙাল তোঙালবা আলোচকশিংগী তোঙান তোঙানবা মত উবা ফংই। অমনা উবা ঙম্বা অমনা উদে, অমনা উদবা অমনা উই মখোয়না মখোয়গী থৌন অমসুং লৌশিংতনা সাহিত্যগী ফগনা অমসুং থম্মোয় সুংঙাইহনবনি হায়বাদ য়াদে। মতাংসিগা মরি লৈননা তেবিত ডচেতকী মতসি পনবা য়াই "It would beobserved to maintain that no Greek appreciate sophicle is until Aristotle had written the "poetic" OR that English play goes had to wait for A C. Bradley or Professor Heilman before they could appreciate and enjoy" Kinglear, মসি থরমথৈ চুরবসু তশেংনা মসিতনা অচুম্বনি হায়বসি য়াদে। সাধারণ পাঠক অমনা

উবা, থ বা ঙমদবা কযা আলোচকনা উবা থংবা ঙম্মী। মথোয়না যে'ল্লবদা অউবা অমস্তুং অথংবগী মরিক চুম্না ফজনা ইথোকপা ঙ'মা। মথু মীয়ামা পাবদ রাদে অমস্তুং লাইনা থাবা ঙমহল্লি।

আলোচক অমনা তৌগদবা মথৌগী মতাংদা মি: থোর্নদনা অস্থমা হায়রম্মী "I admit the duty of the critic no nose ends with dumb appreciation. Then the duty of the artist end with the dumb intern il expres sion of his impressions. Certainly he must go out into the world to break leave on behalf of the authois whom he esteems or to smash repu-tation which have underservedly."

আলোচক অমনা চুম্না কবিবু ফজবদা থাগৎকদবা ফত্তবদা থাদগবা নত্তে, মাদি কবি নত্রগা লেখক্না কন্নিগুম্বা থর হায়জিন্দুনা নত্রগা ওইদবা ঙাংত্তনা শেল নত্রগা মিংচৎ তান্নবা চেংনবা অদুগুম্ব থিংগদবনি অদুগা অতোপ্পা অমনা মাগী য়াই হায়হ্নুনা মাগী অনিংবা অপাম্বা অত্ত মযামদা লেক্না হায়খিন্নোইদবান মহাক্কী রাকৈ পরেং থুদিংদা পুকচেল শেংনা অমস্তুং থৈনা লৈনা মান' নিংবা থ বা থনবক্ত অইবা অমস্তুং অপাবশিংগী মমাংদা থমগদবনি। আলোচকতি মতম অয়াম্বদা অইবশিংদগী তোঙান্না লৈ কম্নিগুম্বা থোইদোকপা অমা থঙনবগীদমক্তা ছহাক্তং পুম্না লৈমিন্নরবস্থু থুনা লাপথোক্নবা হোৎনৈ। মত ংগী মতুংইন্না মাদি অইবগী নেম্না অমস্তুং রাংনা য়েংই।

আলোচকতি মীয়ামগীনা মিছুং অমস্তুং অহৈবগীনা লময়ানবনি। মহাক্না মীয়ামগী ফগদবা অমস্তুং আলোচনাগী মিৎয়েংনস্তু য়ারবদি থৌনা লৈনা অহৈবশিংদা থাগৎলি অমস্তুং ফত্তবদা থাদৈ। ফজগদবা লৈরবদি অহৈবগী লৈপাল অত্থ অহৈবদা তাক্তুনা মফম (লৈফম য়ারেং শৈরেং ইবগী মওং) ফাওবা হোংদোকহল্লি হায়রিবা অস্তুমা পুকচেল শেংনা থৌনা লৈনা হোৎনরবদা আলোচনা তৌরিবা হিরম, আলোচক, অহৈবা অমস্তুং অপাবা সমাজগী মঙ্গল ওইগনি।

সাহিত্যগী মরমদা য়েংলিবা মিৎয়েং অতুগী মতুং ইন্না আলোচনাগী মথলস্তু থাইদোকপা য়াই। আলোচক্কী মিৎয়েং মনোবৈজ্ঞানিক দার্শনিক, ঐতিহাসিক, কাল্পনিক, বৈজ্ঞানিক, ণিনয়াত্মক সমাজিক আসনচিংবা ওইবা য়াই। মসি সাহিত্যগী আলোচনা তৌবা মতমদদা শীণন্নবা মরম্না সাহিত্যগী আলোচনা তৌই। হৌজিক্কী মতমদাদ আলোচনাগী অনৌ অনৌবা নিয়ম কয়া শেম্লরি। মরমসিনা আলোচকশিংগী মিৎয়েং মতুং ইন্না আলোচনা তৌবগী মথল কয়া থাইদোক্লি :—

১। ঐতিহাসকী ওইবা আলোচনা (ইতিহাসিক আলোচনা Historical criticism)

২। অকক্লবা নিয়ম নাইবা (সৈদ্ধান্তিক আলোচনা Theoritical criticism)

৩। শন্দোক্লা হায়বা আলোচনা (ব্যাখাত্মক আলোচনা (interpretation criticism)

৪। কুপ্পা নৈনবা আলোচনা (নির্ণয়াত্মিক আলোচনা)—(Judicial criticism)

৫। চাংদম্নবা আলোচনা (তুলনাত্মক আলোচনা—Comperative criticism)

৬ পুক্লিংনা খংজিনবা আলোচনা (মনোবৈজ্ঞানিক - Psychological criticism)

১। ইতিহাসকা ওইবা আলোচনা (ইতিহাসিক আলোচনা His orical criticism) দা কবিগুম্বা সাহিত্যগী অইবা মরী আলোচনা তৌবা মতমদা ইরিবা অচুগী মমাং অমসুং মাগী মতমগী ইতিহাস অচু যেংনৈ। হৌজিক্কী মতমদা মাসিগী মথল শাসি পাম্লা পাম্লবে। অয়াম্বা আলোচকশিংনা ইতিহাসিক আলোচনা সাহিত্য অচুগা লোয়নননা মতমচুগী চৎনবী পথাপসু খংবা ওম্মী।

২। সৈদ্ধান্তিক আলোচনা :—অকরবা নিযম নাইবা আলোচনাদা আলোচনাগী নিয়ম পুম্নমক পুম্না নৈনৈ। সৈদ্ধান্তিক আলোচনাগী মচুং চম্না সাহিত্যগী মথল কাব্যা, নাটক, উপন্যাস কথা, নিবন্ধনচিংবা পুম্নমক কুপ্পা য়েংশিল্লি। মসিদা আলোচনাগী নিয়ম অমসুং মথক্তা ইরিবা ময়াম অসিগী নিয়মশিংছু মুম্না কুপ্পা থিজিল্লি; মরমসিনা সৈদ্ধান্তিক আলোচনা তৌবদি য়াম্না লুই। অথম্নবা আলোচকশিংনা আলোচনা তৌবা ওম্মী।

৩। শন্দোক্না হায়বা আলোচনা :—শন্দোক্না হাযবা আলোচনা (ব্যাখ্যাত্মক আলোচনা—Interpretation criticism) হায়বসি আলোচনাগী নিয়মগী মচুং ইন্দে। অচুগা

সাহিত্যগী নিয়মশিংবুসু থুগাইদুনা শন্দোক্লা হায়। মতম অমদা শেমখিবা আলোচনাগী নিয়ম অমসুং সাহিত্যগী নিয়মবু অতোপ্পা মতম অমদা শোয়দনা ইনফম থোক্তে হায়বনা শন্দোক্লা হায়বা আলোচনাগী মগুণনি। অদুনা মমাংগৈগী চৎনবী নিয়মশিংবু হৌজিকী মতমদা য়াম্না কোমথোক্লা য়েংই।

৪। কুপ্না নৈনবা আলোচনা:—কুপ্না নৈননা অমসুং য়েংবা আলোচনাবু হিন্দীদা নির্ণায়াত্মক আলোচনা অমসুং অংগ্রেজীদা জুডিসিএল ক্রিতিসিজম (Judicial criticism) হায়না খংনৈ। সাহিত্যকার অমগী সাহিত্যগী আলোচক অমনা য়াম্না কুপ্না অচুম অরাল য়েংদুনা মাগী মত পিবা অদু নির্ণায়াত্মক আলোচনানি। অইবা মীগী থুংই অদু ফজ্রে ফজদে হায়দুনা অপাবা মীদা ত কই কুপ্না য়েংবা আলোচনাদি অইবা মী অমগী সাহিত্যদা অচাল-মীয়াই নাইদনা রাযেলবা মী অমগী মতৌগুম রাযেলনি। মাদি অকবা সাহিত্যন ফনা অদুগা ফত্তবা সাহিত্যনা ফত্তনা মতিক চাবা রায়েল তৌদুনা অপাবশিংবু হুংডাইহল্লি। মঙোন্দা য়াম্না হেন্না থাগৎপা নত্রগা থাদবা তোদে। মনা মানা তৌবা অদু মশাবু কংহল্লি।

৫। চাংদম্নবা আলোচনা:— চাংদম্নবা আলোচনা (তুলনাত্মক আলোচনা Comparative criticism) দা সাহিত্যগী ফজবা অমদি মাগী নিযমশিং অদু অমগা অমগা চাংদৈ। করিগুম্বা সাহিত্য অমদা মাগী মওং মতৌ অমসুং শৈলীগী ফজবা য়েংবনা মশিগী পান্দম্নি। মাসদা মতমচুগী সাহিত্য অমগা অমগা চাং ওন্দুনা য়েংই। চাংদম্নবা আলোচনাগী আলোচক অদু য়াম্না

হৈশিংবা অমসুং থ'বা ত'াই। মাগী মথৌদি সাহিত্যগী হিরমশিংবু চুম্না নৈনবদা নস্তু, অমগা অমগা চাংত্তমহনা য়েংবা অমসুং অরাৎপা অমদি অৎেনবা অহু ত'ক্কদবনি। মাসিদা কবি অমথক্কগী নত্রগা কবি অমগা অমগা চাংদমৈ মথোয়গী লোল, প'ত্র, রাখল অমসুং হিরম কত্থসু চাংদম্নহনা ফজবা অথিবা অদু তাকই।

(৬) পুক্লিংনা থংজিনবা ঃ—পুক্লিংনা থংজিনবা আলোচনা ( মনোবিজ্ঞানিক—Psychological criticism ) অসি ভারত-বর্ষদদি কয়া মরু ওইদে। নোংচুপলোমদ'দ মসি য়াম্না ইকাই থুমৈ। ম'সিদা কবিগী রাখল অমসুং থবকপু নৈনৈ। মাগী অইবা অহুদা যাওরিবা মী অহুগী রাখল অমসুং করম্না রারী অহু শেমলকইবনো হাযবসু নৈনৈ। মসিদা মপালগী থৌদোকশিংবু থোইনা মরু ওইনা নৈনদে। রারীহুগী মহুংদা চেল্লিবা ঈচেল অমদি থল্লিবা রাখল মথল অহু য়াম্না মরু ওইনা নৈনৈ। পুক্লিংনা থংজিনব আলোচনা অসিনা সাহিত্যগা অমসুং মীওইবা সমাজগা য়'ম্না নকুবা মরি অমা থম্নবা হোৎনৈ। মরমসিনা মসি ভ'সিগী সাহিত্য স'সারদা য়াম্না পাম্নরে।

মথক্তা ইরিবা অসিদা নত্তনা মথল কয়া থোক্না থাইদোকপা অহুবু ময়াম্না য়াম্নরবা অমনি, সাহিত্যগী মরু ওইবদি মথল তরুক্ক অসিদনি। মসিগী মহুংদা সাহিত্যকার অহুগা অইবা অহু য়েংলগা আলোচক অহনা হৈনবা মওং অমদা মমুৎ তানা নৈনরগা মশক শেংনা তাক্কুনা অইবা অমসুং অপাবগী য়াইফনবা হোৎনহনা মশাগী মথৌ মপুংফানা পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি।

# একাঙ্কী

একাঙ্কী নাটক সাহিত্যগী অঙ্ক অমথক্তনা শান্নবা নাটক মচা অমনি। একাঙ্কীনা পুন্সিগী তাক্কক অমা উৎলি। মসিদা পাত্র য়ামদবা, থবক অপুনবা অমম্বুং অমত্তা ওইবা রাখল চেল্লি। একাঙ্কী নাটক হাযবসি অংগ্রেজীগী য়ান এক্ট প্লে (One act play) গী মওংনি।

হৌজিক ঐখোয়না একাঙ্কী হায়না থংনরিবা অসি মমাংদৈ ভারতবর্ষদা চৎনরম্বা অত্তু নত্তে। ভারতবর্ষদা মমাংদৈ সংস্কৃত সাহিত্যনা চাওখৎপগী তমথে থম থেংলিদৈ মতমদি একাঙ্কী নাটক লৈরম্মী। মতমত্তুদা একাঙ্কীগা মান্নবা রূপক হায়বা অমসু চৎনরম্মী। সংস্কৃত সাহিত্যগী মহাকবি ভাসকী "উরু ভঙ্গ" নচিংবা অতৈ একাঙ্কী নাটক য়াম্না লৈরম্মী। অত্তবু ঙসিদি মত্তুগী মমি ফাওবা উবা ফংদ্রে। ঙসি ঐখোয়না একাঙ্কী হায়না কৌনরিবা অসি নোংচুপলোমদা তরাশুবা শতাব্দীদা ধর্ম্ম শন্দোক্নবা শানথিবা য়ান এক্ট প্লে (One act play) অত্তুনি অত্তবু অংগ্রেজী সাহিত্যদাদি ১৯শুবা শতাব্দীদগী হৌনা একাঙ্কী য়াম্না কন্না ইনবা হৌথি। অত্তুগা ভারতবর্ষদদি মমাংদৈগী চৎনবা অত্তু থাদোক্লগা ২৯শুবা শতাব্দীদগী হিন্দী সাহিত্যদা একাঙ্কী ইবা হৌনথি। হৌজিক মণিপুরদদি একাঙ্কীগী মহুত্তা রেডিও নাটক ওইনা ইনৈ। রঙ্গমঞ্চদা নাটক হৌদ্রিদৈগী মমাংদা শান্নবা একাঙ্কীদি ইনদে। নত্রগা অসুম্না শান্নবা অসি চৎনদবগুম তৌই।

হৌজিক্কী মীয়োলনা নোংম-নোংমগী থবক চিনশিল্লক্তনা নাটক য়েংবা কাওবা য়াম্না থেংনা লাক্লে। মখোয়না লাক্তৈদা ওম্না লাকপা ভাবকশিংবু য়াদনা মতম লেন্নবা হোৎনবদা একাঙ্কী নাটক ইনাথবনি। ওম্না লাকপা মীশিং অহু থেংনা লাকপা মী ওাইবদা নাটক হৌদ্রিবৈ মতমগ অরেম্বদা ফমহুনা লৈবা তাথি। নত্রগা ময়ুমদা হন্নবা তারম্মী। মখোয়না অরেম্বদা ফমহুনা লৈবহু য়াদনবা হায়হুনা নাটক ইবা অমম্মুং শান্নবশিংনা অঙ্ক অমগী নাটক (একাঙ্কী) হুনা শান্নবা হৌথি। মহুবু ফিজং হাইগৎপা (Curtainmise) হায়না থংনৈ। মাস মযাম্না য়াম্না পান্নরম্মী। মরমসিনা মখোয়না মথং মপুং ওইবা নাটক অহু য়েংদনা হন্নাখ। ময়ামগী অসিগুম্বা ফিভম অসি নাটক শান্নগদৌবা মীশিংহুনা মখোয়গী নাটক যেংবিনবা মী লৈতবা তারে হায়হুনা মমৈদা একাঙ্কীবু মুৎথৎনবা হোৎনরম্মী।

একাঙ্কী নাটক থোকলকপদগী নাকল অমরোমদদি নাটক্কী শক্তমহু হোংথি। একাঙ্কীনা নোংম-নোংমগী মীয়াম্না পান্নবা হেনগৎলক্তুনা ওসিদি মাসু সাহিত্যগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইরে।

একাঙ্কী অমসুং নাটক্কী খেন্নবা :—একাঙ্কী অমসুং নাটক্কী খেৎনবা অসি অমুম্না থাইদোকপা যাই।

(১) একাঙ্কীদা অঙ্ক অমতমক লৈ অহুগা নাটক্তনা অঙ্ক অমদগী হেন্না লৈ।

(২) একাঙ্কীদা য়ারী অমথক্তা নত্রগা থৌদোক অমথক্তা লৈগনি; নাটক্তনা ময়াম লৈবা য়াই।

(৩) একাঙ্কীদা পাত্রশিংগী থবক থৌওং পূম্নমক অকন্নবা মকম মতম অমদ লমচৎ-শাজৎ অমসুং পুক্নিং রাখল পূম্নমক ফোংদোক্নবা হোৎনৈ। মচু নাটক্কদি নৈতে।

(৪) একাঙ্কীদা নাটক্কী মতোংগুম্না রারী অসি তপ্না তপ্না হৌরকপা, হোৎনবা, মতয় ফংনবগী মকম মতম নৈতে। একাঙ্কীদি হেক হৌবদগী রারীগী ঈচেল অতু থুনা অরোয়বা ফাওবা পুথনা চৎলি রারী ইবা মীদোনা একাঙ্কী ইবস্থু রারীত্থু থংনিংবা অমসুং ঈথক ঈহৌ পূম্নমক হৌবদগী লোয়বা ফাওবা লেপ্তুনা অয়াংবা খোঙচত্তা চৎলি। মরমসিনা একাঙ্কীদা রারী থৌদোক পূম্নমক য়াম্না কুংনা কুংনা থোকই।

(৫) একাঙ্কীদা য়ামগ্রবদা মিঃ ১৫ অমসুং য়াম্লবদা পুং অমদগী হেন্দনা শাম্নবা য়াবা ওইগদৌবনি নাটক্কদি পুং ৩/৪ শানৈ। একাঙ্কীদা পাত্রশিংগী রারী শাম্নবা মতমদা রারী লৈবগী লোয়ননা মথোয়গী লমচৎ অমসুং শাজৎ অদুসু থৌদোকশিংগা মরি লৈননা ফোংদোক্কদবনি।

(৬) একাঙ্কীনা নাটক্কগী হেন্না পাত্রশিংগী অরা-অনা অমসুং অকা-অকুম তৌবা হেল্লি। একাঙ্কীদা ঐথোয়না পত্র অমগী পুন্সিগী মচেৎ অমত্তমক উবা ফংই অদুগা নাটক্কদি মপূম ওই।

একাঙ্কী নাটক্কা থবক অমসু থৌদোকশিংসু অমত্তা ওইনা পুল্লগা শন্দোকুনা অয়েংবা মীগী পুক্নিংদা করিগুম্বা মথল অমগী মুংঙাইনবগী মথি ভাহল্লি। "It should aim at making a single impression, should possess simpleness of

situation and should concentrate its interest on a single character or group of characters" (Syelmey Box, The technique of one act play )

অখণ্ড অহৈশিংনা একাঙ্কীগী মচাক (তত্ব—Element of one act play ) কয়া থোক্লা খাইদোক্লম্মী। অদুবু ময়াম্না য়াম্নরবা মচাক্তি অহুমদনি (i) ৱারী মপুং ( কথাবস্তু plot ) (ii) মী ( পাত্র—character ) অমসুং (iii) ৱারী ৱাতায (সংৱাত - dialogue)।

(১) ৱারী মপুং (কথাবস্তু — plot) অসিগী মতুংদা মীয়ামগী ৱারী, মীযামগী থুদোংথিবা, মীওইবগী ৱাথল, পুন্সিগী লমচৎ, মমাংতৈগী চৎনবী, ইতিহাসকী ওইবা অমসুং ৱাজনীতিগী ওইবা ৱারী অমসুং থোদোকশিং অসি মতুংদগী অমা লৌরগা ময়ায (কেন্দ্র centre) দা থমদুনা কথাবস্তু শেমনৈ।

একাঙ্কীগী ৱারী থোকপা লোয়শ্নবা মতমদা ঐথোযগী মাংদা উরকই। মহৈ য়ানবা একাঙ্কী অমদাদ মাগী ৱাবী অদু অয়েংবশিংগী পুক্নিং চুংশাইহনবগা লোযননা থঙনিংবনা লাওতক্লবা অমা পোকহনগদবনি। (The chief perhaps the only quality of short plays opening in that it must capture the audience's interest (S. Box technique of one act play.)

একাঙ্কীগী মপুং ওইবা ৱারীদা অকবা মী (নায়ক) ফত্তবা মী ( খল নায়ক ) অনিগী ফুন চৈনবা ইচুং-তত্তনা থোকই। অদুম

ওইনমক ৱারীগী খোংচৎতি লেপহন্দে হৌজিক্তী মতমদদি একাঙ্কী নাটক্কা পুন্সিগী থৌদোক মতেক অমা নত্রগা ৱারী মচেৎ মপুংফানা উৎননবা হোৎনৈ সুংঙাইবা থৌরম পরেং পুম্নমক করিগুম্বা অমদা পুস্নুনা লৈ। মহৈ য়ানবা একাঙ্কীদদি ৱাথল থৌদোক অমমমবু মপুংফানা উৎপা ঙম্বগা লোয়ননা থোইদোক্লা সুংঙাইবা অমগা লোয়ননা লোয়শিনবদা মপুংফানা ফজনা লোয়শিনগদৌবনি।

(২) মী (পাত্র character —একাঙ্কীদস্তু ৱারীগী মতৌগুম্বা পাত্রগী মশিং য়াম্লদে। মথোয়গীস্তু মীওইবা সমাজগী থরায় পানবশিংগী অরা-অনা থংবা মীগী অক-কক্ত অমস্তুং পুন্সিগী থুদোংথিবা কয়াস্ত থেংনৈ। একাঙ্কীদা য়াওরিবা মপুং ওইবা মীশিংবু নায়ক-নায়িকা হায়না থংনৈ। মথোয়গী লমচৎ-শাজৎতা অইবগী পুক্লিং চংগদৌবনি। ৱারী অমস্তুং থবকশিংগী মতেং পাংবা মীস্তু লৈ। মথোয়বু ৱারী নত্রগা থবক্কী মতেং পাংবা মী হায়না খঙনৈ। মথোয়স্তু মকম মতমগী মতুংইন্না মথোয়গী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাং-শাঙাং অমস্তুং ফিজেৎ চাকচা শেম্মী।

(৩) ৱারী ৱাতায়ঃ—সংৱাত (Dialogue) কী মতাং-সিদস্তু নাটক্কী মতৌগুম্বা একাঙ্কীদস্তু ৱারী-ৱাতায় হায়বসি মরু ওই। মথোয়গী ৱারী ৱাতায়না একাঙ্কীগী ৱারী অহু চাওখৎহল্লি মহুনা পাত্রশিংগী লমচৎ শাজৎ অহু মশা মশানা হায়জে নত্রগা অমনা অমগী মরমদা ঙাংই। মথোয়গী ৱাথল, অনিংবা, পুম্নমক মকম মতমগী মতুংইন্না মরি তাই। একাঙ্কীগী ৱারী ৱাতায় য়াবমথৈ

শমজিনগদৌবনি। য়ারী শাবা মতম পুম্নমক্তা তেম্না-তেম্না অমসুং মপুং ফাবা অর্থ চেনবা ওইহনগদৌবনি।

একাঙ্কীদা মশা মত্তোমদা হায়বা (Salilogue) চংনদে। মসিনা একাঙ্কীগী ক্রজবা মাংহল্লি। মাগী লোল পাত্রগী মতুংইন্না শীজিন্নগদবনি। মমাংথৈগী মতৌগুম নোংথক্তগী লাউথব (আহ শবাণী) গুম্বা অত্ত যাওইনলোয়দবনি। অতেনবা বারেংদা মপুং ফাবা অর্থ চেনবা য়াবা য়াত্তায শীজিন্নবা অতুনা একাঙ্কীগী অথোয়বা মগুণনি।

একাঙ্কী ইরিবা হিরমতুগী মতুংইন্না অস্তুম্না খাই-দোকপা য়াই :—

(১) মীয়ামগী ওইবা একাঙ্কী —(সমাজিক একাঙ্কী)
(২) হৌঞবা থৌদোক্কী মরমদা ইবা—(ইতিহাসিক ,, )
(৩) রাজনীতিগী মরমদা ইবা —(রাজনৈতিক ,, )
(৪) পুজিগী মরমদা নৈনবা —(দর্শনিক ,, )
(৫) শেল-থুমগী মরমদা ইবা —(আর্থিক ,, )

মকম অমসুং মতম্না থুংয়োনমনথিবনা ময়ামসিগী শক্লোক্লা ইবা ঙমজে

# নিবন্ধ

সাহিত্যগী তোঙাল তোঙালবা শরুকশিংগী মনুংদা নিবন্ধসু য়াম্না মরু ওইবা অমনি নিবন্ধ পদ্য অমসুং গদ্য অনিমক্তা ইবা য়াই। অদুম ওইনমক গদ্যদনা মরু ওইনা ইনৈ। অংগ্রেজীদা মোনাকী এসে ওন মেন (Eassay on man) অমসুং হিন্দীদা মহাবীর প্রসাদকী হে কবিতে ( হে কবিতে ) পদ্যদা ইবা নিবন্ধনি। সংস্কৃত সাহিত্যদা 'গদ্যং কবিনা বিকশং বদন্তি' গদ্যনা কবিগী চাংযেংনি হায়না হায়বম্মী। গদ্যনা কবিগী চাংয়েং নি হায়না য়াই। হৌজিক্কী মতমদ গদ্যনা পদ্যদগী হেন্না চংনরে মরমসিনা গদ্যগী চাংয়েং ওইরিবা নিবন্ধসু নোংম নোংমগী পান্নবা হেনগৎলক্নি।

নিবন্ধগী হৌরকফম নিবন্ধবু অংগ্রেজীদা ( Assay or Essay ) হায়না কৌনরক্নি। এসে (Fssay) হায়বসি ফ্রান্সকী এসাই (Essai) নত্রগ লাটিনগী একসজিম (Exayum হায়বসি রাহৈসিদগী হৌরকপনি ফ্রান্সকী মোন্তেননা ( Mantaingne ) ইং ১৫৮০ দা নিবন্ধ খরা ফোংখি। মাগী নিবন্ধশিংদু তোঙাল-তোঙালবা হিরমদা ইরম্মী; নিবন্ধশিংদুদা মাগী মক ওইবা খল্লদি অমগা অমগা মতেং পাংনবা অমসুং মরি লৈনবনি। হায়বদি (Assoclasom of ideas) নি।

সংস্কৃত সাহিত্যদা নিবন্ধ হায়বা ৱাহৈসি ১১শুব শতাব্দীদগী হৌনা শীজিন্নখি নিবন্ধ হায়বদি "নি + বন্ধ + ঘুন – নিবন্ধপন

আহিংমল হৌতি অধিকারগী লিচ্ছঘনম ।" হায়বদি রারেং অমসুং রাখলগা চাং মায়া পল্লবা র'রেংঙু নিবন্ধ হায়বনি । মসিগী মতুং'দা সাহিত্যগী কলা পূমমক চল্লে মতমসিদা নিবন্ধগা মায়বা প্রবন্ধ হায়বা রাহৈ অমসু শীজিন্নরম্মী । অতুবু ওপ্পা তপ্প, অনিগী খেন্নবা উনরকখি । ম'থপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা নিবন্ধ ( রাহায় ) না মবা হনখিবসিদনি মৈতৈলোন্দা নিবন্ধবু রাহায় কৌই । রা — রাহৈ হায — হায়দোকপা নত্রগা ইথোক্লুনা কো'দোকপা ঐথোয়গী পুক্নিংগী অনি বড় চিনব'ন ফাওনা হায়দোকপগী মওংনি । মতুগী মতুং ইন্না মথক অমসুং ফজবা ফজদবা লৈ । নিবন্ধ'দ ইরিবা মীহুনা লোইশিননিংবা মফমদা লোইশিনব য়াই । মরমসিনা নিবন্ধ হায়বসি মপুং ফাবা ওমদবা সাহিত্যগী শরুক অমনি । নিবন্ধ ইবা মীহুনা মানা ইগদৌবা হিরমহুদা মমুং তানা থংগদবনি । হিরমহুদা উবা থ'বা অমসুং থনবা অহু হংগদবনি । মানা ই'রবা হিরমহুদা পাক চাওনা লৈশি লৈথোল হাপ্পুনা নত্রগা শুপচিনবা মওংদা ইবসু য়াই । মাঙোন্দা করিগুম্বা অপূনবা অমত্তা লৈতে । মরমসিনা নিবন্ধ হায়বসি অকাবা ( চেকশিন্দবনি ) নি হায়না ডাঃ জানসন্না ( Dr. Johson ) অস্পুন্না হায়রম্মী । ("A loose sally of mind, an irrigular, undigeshed piece, not a regular and an orderly performance") অচুম্বনি, নিবন্ধদা করিগুম্বা অকানবা মওং অমত্তা লৈতে । কনা কনাগুম্বদি নিবন্ধবু সাহিত্যগী মমুং ফাওবা লৈহন্নিংদবগী মত পিনৈ । অতুবু মসিমক্তি হেলমল্লি । মাসু সাহিত্যগী থৌদাং থরদি য়াই । নিবন্ধকারতগী

রাখলগী অশেংবা মমি মহাক্লা ইরিবা হিরমতুদা তাই। অতুনা অপাবা মীনা। হিরমতু নত্রগা অইবা মীহুবু মশক মুন্না থংবা ওম্মী। নিবন্ধ হবা মী'দ মীগী বা হৈনা মশাগী রা ইগদবনি। মরমসিন নিবন্ধকার শ'বু মশাগী ওইক্লবা য়েংবা মীনি হাযনৈ। মানা ইরিবা হিরমতুগা ম গা অতুক্লা মী'তক নক্লনা ফোংদোকপা ওয়বাদ নিবন্ধ অমসুং নিবন্ধকাবনি হাযনা লৌনগ ন।

নিবন্ধ করম হিরমদা ইগনি হায়রব' অককুবা নিয়ম লৈতে। ইগদব মীওন অগান্বা চিনম অমা হেক্ক, ইবা য়াই। মী, শ', ভা, পোং-চে পুাক্লং রাখল নত্রগ মীৎনা উবা নাকোঙনা তাবা কংবা অমসুং রাখলনা থনব ওম্বা অমগী মরমদা ইবা য়াই। নিবন্ধকারশুনা মশানা মপু' ওইদনা ইব ( বিষয় প্রধান – Subjective ) অমসুং হিরমনা মপুং ওইনা হব, ( বস্তু প্রধান – Objective ) হাযনা অনিথোক্লা থাইদাকই অনিসগী মতু'দা মানা হবিবা হিরমতুগী মরমদা শীজিন্নরিবা রাহৈ রাতা লোল অমসুং লেংশিল্লিবা রারেং অতুগী মতুংইন্না নিবন্ধগী মথল অসুম্না থাইদোকপ' যাই।

১। বর্নাত্মক ( বর্ণাত্মক – Destritive )

২। বিবরনাত্মক ( বিবরণাত্মক – Nartative )

৩। বিচারাত্মক ( বিচারাত্মক – Reflective )

৪। ভাবাত্মক ( ভাবাত্মক – Emotional )

মথল মরিসিদা নত্তনা য়ান্না থাইদোকপা যাই। অতুবু মরু ওইবদি মরিসিদনি হায়না মসিগী মতুংদদা নৈনৈ।

(১) বর্নাত্মক :— বর্নাত্মক ( Destritive ) নিবন্ধদনি ইগদোরবা হিরম অদুদা ওইবগী মিৎয়েং থম্মী। মানা হিরমদুদা উবা থংবা অমসুং থনবত্ত শন্দোক্লা ই মাগী রাংনা থনবা অমসুং শন্দোক্লা থনবা ওম্বগী মতুংইন্না নিবন্ধস্ত ফংঙ্গে।

(২) বিবরর্নাত্মক :— বিবরন ত্মক ( Narrative ) নিবন্ধদনা ইগদোরিবা হিরমথগা মানা লৈরিবা মথম অমসুং মতমথগী মরমদা ই। অসিগুম্বা মথলগী নিবন্ধদা ইরবা হিরমথগী ফজবা মমি অমা অপাবশিংনা থংবা ওম্মী।

(৩) বিচারত্মক :—বিচারত্মক ( Reflective ) কুম্বা নিবন্ধদনা মথক্তা ইখ্রিবা অনিসিদগী লেপ্লা লুই মসিদদি ইগদোরিবা মীথগী অকুপ্পা মিৎয়েংনা যেংই অমসুং যাম্না থম্না ই মরমসিনা অপাবশিংস্ত অথৈল্লে নত্রবদি নিবন্ধগী মগুণ হৈম্বে।

(৩) ভাব্বাত্মক :— ভাব্বাত্মক ( Emotional ) নিবন্ধবু লৈরিককুম্বনি (Lyric) হায়না হায়নৈ। মসিদদি পুক্নিংগী অনিংবা অমনা মপুং ওইনা ইনৈ। কবিতাদোনা পুক্নিংগী থিংঙমদবা ঈহৌ অমনা লমজিংথনা ইনবনা পাবদা লুংঙাই অমসুং থুৎলোই।

মথক্তা ইরিবা অসি করি করিগুম্বদা অমগা অমগা তিনৈ। বর্নাত্মক অমসুং বিবরর্নাত্মক অনিনা তিন্নরবা অমুক্তা রাখলনা, অমুক্তা পুক্নিংনা মক্ক ওইবা নিবন্ধস্ত য়াওই। বিচারত্মক অমসুং ভাব্বাত্মক অনিবু মরক মরক্তা পুনশিল্লি করিগুম্বা মতমদা অমনা মপুং ওই করিগুম্বদনা অমনা মপুং ওইদে।

নিবন্ধকারশিংনা মথকী মরিসিগী মপুংদা হৈনবা অমসুং অপাম্বা মতুংইন্না অমা থল্লগা ইনৈ। মানা ইরিবা শৈরেং নত্রগা রারেংন্থ পারগা অপাবশিংবু করিগুম্বা থরা থলহনগদবনি। তেনবা শাংবা থিদনা ইরিবা থরক্তদা ফোংদোকনিংবত্ত মপুং ফানা ইথোকপা ঙম্মবদি অক্ষদা নিবন্ধনি হায়নৈ। নিবন্ধকার অদুনা ইনবা হিরম থনবা মতমদা ময়াম্না পাম্নগদবা য়েংগদবনি নত্তন্থনা মানা পাম্বনি হায়রনা মতমগা চানদবা অমসুং ময়াম্না পামলোইদবা লৈরবদ মন্থ থাদোকখ্রনা অতোপ্পা অমা থনবা হৈফ

নিবন্ধ গত্ত :—রারীমচা অমসুং ইতিহাসকী মনাওনি। অন্থবু চাওরৈ কনবনা ময়াম্বা মথাবগী মরক্তা লেং মাম্না লেপ্পা ওম্রে। মশক মত্তৌ ফজবা অমসুং চাওরৈ কনবসি উবদা অপাবশিংনা নোংম নোংমগী পাম্নবা হেনগৎলক্লি।

ত্রিতি ঠ :—নিবন্ধ ইবদা কা হেন্না শাংবা য়ারোই হায়না কনাগুম্বা থরনা মত পিরি অন্থবু অসি থোইনা চৎনবা রাদি নত্তে। করিগুম্বা নিবন্ধন্থনা থরা হেন্না চেকশিন্না অমসুং শাংনা ইরবদি মন্থ ত্রিতিজ কৌগনি হায়। "If a composition become elaborate andlenghty it case to be an essay and become a treatise." অসিগুম্বা মথলগী খুৎইদি মৈতৈ সাহিত্যদদি লৈত্রি। করিগুম্বা হিরম অমদা থিজন থোৎচিন্দুনা মন্থগী মরমদা শাংনা ইথোকপা অন্থ ত্রিতিজনি।

নিবন্ধনা হৌরকপা চাওখৎলকপা মেন্তেগী (Mantaigue) নিবন্ধশিংন্থ অংগ্রেজীদা ইং ১৬০০ হন্দোক্লম্মী। মতমসিদ্বাই মক্তদা

ইংলণ্ডদগী বেকন ( Bacon ) কী নিবন্ধ খরা ( ইং ১৫৭৩ ) কোংলম্মী। মরমসিনা আলোচক খরনা বেকন্না মোন্তেনগী নিবন্ধশিংসি ফ্রান্স লোন্দা লৈরিবৈঙদা পারমগনি, অমসুং মহূগী মতৌ ভমদুনা ইবনি হায়না মরাল পি। অদুবু বেকনগী নিবন্ধশি দা মশাগী ওইবা তোপ-তাপ্পা মওং চে'ল্ল। অদুনা মরালসি কনাগ্ন য়ানদে। বেকননা মাগী নিবন্ধ'শ'দা মাগী "দির্প এ মেডিতেসন," ( Depersed maditation ) অসিগী মতুংইন্ন ইরম্মী। মানা মাগী নিবন্ধশিংবু শুপচিনবা হাইহ ( আমাস—শৈলী ) দা ইখি।

খুদম ওইন'— "Reading maketh a fullman Conference a readyman and writing an exect-man." মাগী নিবন্ধ খুদিংমক পাউতাকনা মরু ওই। মাগী নিবন্ধ-শিংদা খরনা মশাগা নকশিম্নবা হাংলি হায়না কাইনথংদা আলোচক-খরনা মাবু মরাল পিখি। অদুম ওইনমক মাবুদি অংগ্রেজী নিবন্ধগী মপানি হায়না ইকাই খুম্নবা উৎলি। বেকন্না মাগী পুক্কিং লৈকোন-দগী রাখম্না লাম্বা ফংবা হাইহ লৈরাং হেক্রুগ লৈচন চানা লেংদবা রারেং পরেং খরা মতমচুগী সমাজদা কংলম্বা লৈরাংচুগী লৈনম্না মালেম শিনথুংনা শল্লোকখি। লৈরাং লৈনম তাবদা ককঙাওনবা ফ্রান্স অমদি লাটিনগী লৈরাংবা খোইমু কয়া কয়া ইংলণ্ড তাম্না পাইনরকখি।

১৭শুবা শতাব্দীগী মরু ওইরবা নিবন্ধকারশিংদি—জোসেব হাল ( সন ১৫৭৪—১৬৫৬ ) জোল ইরল ( ইং ১৬০১—১৬৫০ ) সার থোমাস ওভরী ( ১৫৮১—১৬১৩ ) ড্রাইডন (১৬৫০—১৭০০)

অমসুং ( ১৬২৯— ৬৯৯ ) নি। মথোয়শিং অসিগী মফুংদা ড্রাইডননা থাইদগী হেন্না মমিং চৎলি। মহাক্না ইংলিস গদ্যবু চাওখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী। মতমসিগী অইবা নিবন্ধশিংদা মশাগী ওইবা শরুক অমা ইরাৎ রাৎলম্মী। মথোয়না মতমতুগী সমাজগী মিচ্ছৎ ওইনা লৌমী, শিনমী, কবি অমসুং ছাত্রনচিংবগী লমচৎ শাজত্ত: মরুওইনা ইরম্মী। মতমতুগী নিবন্ধশিংগী অরাৎপা শরুক অহু টেটর ( সন ১৭০৯ ; TATER ) অমসুং স্পেক্টেটর ( সন ১৭১১ ; SPLCTATOR ) হায়না চেক্ষোং অনিসিনা মেনখৎলম্মী।

হায়রিবা চেফোং অনিসিদা মরু ওইবা নিবন্ধ ফোংখিবা নিবন্ধকারশিংগী মফুংদা এডিসন ( ১৬৭২-১৭১৯ ) অমসুং ষ্টীল (১৬৭২-১৭২৯)না অথোইবনি। মথোয়নিনা নিবন্ধগী হিরম থুদিংমক সমাজগা মরি লৈনবা ওইগদবনি হায়খি অমসুং সমাজগা নক্সবা মরি পুরক্সবা হোৎনখি।

১৮শুবা শতাব্দীগী হোৌগৎলকপা মতমগী নিবন্ধকারশিংদি মতমতুগী রাজনীতিগী অকনবা শাফু কয়া থাংবা তাখি। অসিগুম্বা চয়েৎনরবা মতমসিদা ডাঃ জোনসন হে° ফিল্ডিং অমসুং ওলিভর গোল স্মিথকা মথোয় অহুম ফাওগৎলকখি। ডাঃ জোনসন্না মাগী রেম্বলর অমসুং ইদলরদা মতমতুগী ওইবা থৌদোকশিং ইবা নিবন্ধ কয়া ফোংলম্মী। মাগী নিবন্ধশিংদা মওং মতৌ চাওবা অমসুং তঙাইফদবদগী হেন্না ইরম্মী। মরমসিনা মাবু নিবন্ধগী নিয়ম মুন্না খংদে হায়না মতমতুগী আলোচকশিংনা হায়রম্মী ওলিভর গোল স্মিথতি জোনসনগী ওন্নবনি। মাগী নিবন্ধগী পাত্র থুদিংমক য়াম্না

চম্বা অমস্রুং হয়াও মুংঙাইবা ঙাক্কনা থল্লি। অহুমশুবদা হেনরী ফিল্ডিংনি মহাকস্নু ফজবা নিবন্ধ ইবা ঙম্মী। মানা নিবন্ধগী মওংদা উপন্যাস কয়া ইবম্মী।

১৯শুবা শতাব্দী—অংগ্রেজী সাহিত্যদা গদ্য অমস্রুং নিবন্ধগী মরু ওইবা মতমনি। মুংতিগী অমস্রুং মরক মরক্কী চেকোং মশিং হেনগৎলকপনা সাহিত্যবু মীয়ামনা পায়বা হেনগৎলকখ। মতমসিগী মরু ওইবা নিবন্ধকারশিংদি লেংনহুস্থ রিলাম হৈজলিট, ডি-কিন্সী, চারলেস লেম, রস্কিন হকসলে অমস্রুং ইমবসননি। মখোযশিংগী মনুংদা লেংসহুস্থশিংদি বাংকী অমগা অমগা মায়দে। মখোয়গী নিবন্ধ থুদিংমক রাখলনা মপুং ওই। চারলেস-লেম্না মতমতুগী খাইদগী হেনবা নিবন্ধকাবনি মহাক মশামক মশক মতো ফজবা অমস্রুং থোৎনোবা মরম্না মাগী নিবন্ধস্রু ফজে অমস্রুং পাবা মুংঙাই। মহাকী নিবন্ধশিং পাবদা কদোংদেস্নু চোকথদে। মা মশামক নিবন্ধগী নিয়ম মুন্না খংবনা নিবন্ধশিংদা অশোয়বা লৈতে মবমসিনা মাবু মতমসিগী নিবন্ধকারশিংগী নিংথৌরেলনি হায়নৈ। মহাক্তি পোকপদগী নিবন্ধকার ওইন। পোক্লকই ফাওবা হাযনৈ। মাগী নিবন্ধশিংদি অপাবা মীগী পুক্লিং নৌথোকহল্লি। থোইদোক্লা নিবন্ধগী পাত্রশিংদস্থ মুংশিনিংঙাই ওইবা গুণ য়াম্না চেনহল্লি।

২০শুবা শতাব্দীগী মরু ওইবা নিবন্ধকার—ঈ, ডি, লুকাস, রোবর্ট লিণ্ট, জে, কে, চেস্তরতন এ, সি, গার্ডেনর, মাকস

থিরভোম হিলার বেলোক অমসুং জে: বি: প্রিস্তলি-নি। মতম-সিদসু মুংতিগী অমসুং মরক মরক্তা মেগাজিননচিংবা চেকোংনা নিবন্ধগী ঈচেল কনখৎহল্লম্মী। শতাব্দীসিগী নিবন্ধকারশিংনা নিবন্ধগী ঈচেলবু য়ারী মচা ড্রামা অমসুং মচানচিংবদা ইথায় পিনবা হোনরক্লে। মসিগা লোয়ন লোয়ননা হৌত্রবা মমাংগী নিবন্ধশিংবু কুপ্না নৈনবা হৌরকখি। নিবন্ধ থুদিংমক্তা নিবন্ধকারগী মাথলগী অশেংবা মমি অমা অপাবশিংগী মমাংদা তাহনগদবনি অমসুং নিবন্ধশিংঙুসু মীওইবা পুন্সিগা নকুবা মরি লৈনবা ওইগদবনি হায়না মখোয়না খনখি। মরমসিনা মখোয়গী নিবন্ধশিংদা মীযাম্না সুমিৎ থুদিংগী ঙাংনবা লোল অমসুং ইচম চম্বা য়ারেংদা ঙাক্তা ইরম্মী। মসিনা মতমসিগী থোইদোক হেনদোকপা মওম্নি।

সংস্কৃত নিবন্ধ ১১শুবা শতাব্দীদা সংস্কৃত সাহিত্যদা শুদ্ধ ভাষা অমসুং কৃত্তিনচিংবা সমীক্ষাগী অপুনবা শাস্ত্র অদুবু নিবন্ধ হায়না কৌনরম্মী। মতম অসিদা নিবন্ধগা মান্নবা প্রবন্ধ হায়বা য়াহৈ অমসু শীজিন্নরম্মী। অদুবু তপ্না তপ্না অনিগী খেৎনবা মশক এংনরকখি। বাল্মীকী রামায়ণ অমসুং দন্দিগী দশকুমারচরিত নচিংবসু প্রবন্ধ কাব্যনি। নিবন্ধমেব (নিবন্ধমেব) হায়না নিবন্ধ হায়বা য়াহৈস শীজিন্নখি। কবিগুম্বা হিরম অমখক্তদা নত্রগা তোঙাল-তোঙালবা হিরমশিংদা ইবা লাইরিক মচাশিংবু নিবন্ধ হায়না কৌনরম্মী। সংস্কৃত সাহিত্যদদি অংগ্রেজীগুম্না নিবন্ধগী মরমদা মথং মথং নৈনরকপা তৌখিদে। মরমসিনা ঙসি ভারতা নিবন্ধ হায়না খংনরিব অমসুং থন্নরিবা অসি সংস্কৃতগী নত্তে।

অংগ্রেজীগী মমিংদা হায়বদি অংগ্রেজীগী এসেদগী হন্দোকপা অমনি। অমবু মীরৈবাক্কী কোন্না পুবকপা ওইরবমু 'লহাও চেনব' ভারত ইমাগী সাহিত্য লৈকোন্দা মপুং ফানা শাৎকাইদনা হুংশিবা মনম চেল্লে।

মণিপুরী নিবন্ধ :— মণিপুরী নিবন্ধদদি নিবন্ধ (রাতায়) থরদি ফংলে, তৌইগুমন্নুং মশক যাম্না যেংনিংঙাইদ লৈত্রে শাযবা য়াদ্রি। মরমসিনা মৈতৈ সাহিত্যকারশিংনা থুনা অক্কবা নিবন্ধ ইবিরক্তুনা মণিপুরী সাহিত্য নাচোমবু ফজবা হেমগৎহনবিগনি থল্লি। মণিপুর সরকারগী মরি লৈনবা মীওইনা ৺চিজম ৺অঙাংহলদা নিবন্ধ অমত্তা ইবিরক্লবা হায়জরুবদা ৺অঙাংহলনা 'থম্বাল হায়না মিংথোল্লবা রারেং অমা নিবন্ধনি হায়না ইবিরকখি। ৺অঙাংহলগী রারেং অসিনা সাহিত্যবু হুংশিবা নহাবোলশিংদা নিবন্ধবু মশক থংবদা অরাবা অমা ওইহল্লে। মরম অদুনা মরিলৈনবা মীওইবশিংনা নহারোলগী অরাবসি কোক্লবা থনবা কে।

ঐনা অরোয়বদা অমুক্কা হন্না নোল্লুক্কা ঐগী অনিংবা থরা কোংদোকচরি মদুদি সাহিত্যবু হুংশিবিবা অথং অহৈশিংনা অক্কবা মথলগী নিবন্ধ থুনা ইবিরক্তুনা সাহিত্যগী নাচোম মপুং ফানবা হোৎনবিয়ু।

লোইরবা